# ১শুবা শরুক + ২শুবা শরুক

( উপন্যাস )

অইবা :— শ্রীঐক্রুজম নন্দালাল সিংহ

ফোংদবা :
শ্রীখুন্নকচম ইবোচৌবা সিংহ

ফোংদবী :
খুন্দ্রাকপম প্রেমা দেবী

লুঃ [illegible] /-

ফোংজবা :

শ্রীখুমুকচম ইবোচৌবা সিংহ

ফোংজবী :

শ্রীখুন্দ্রাকপাম [illegible] দেবী




অহানবা কোপী মশিং : ১৫০০

,, ফোংবা তাং ১ । ৫ । ১৯৯৭

অনিশুবা কোপী মশিং : ১৫০০

,, ফোংবা তাং ১ । ১ । ১৯৯৮

নম্ফম : কে: আর প্রিন্টিং প্রেস

লম্বার কৈশামপাৎ, নম্বুল মপাল, ইম্ফাল

মথুম নম্ফম :— ডি পীয়ারলেস প্রিন্টিং প্রেস

ককবা লিলান্দো লম্পাক, ইম্ফাল ।

# PREFACE

Torban Wangma Wangma Novel, through primarily written for the Romantic Rendezvous. Love is a greatest thing for creatures because, it has two powers war and peace. In love there are two kinds—Real love and Commercial love.

Real love is a true gift of God, it express with sympathetic and drops of tear.

Commercial love makes the customs of society, it express with proud and luxurious. So, real love is destroyed by the commercial love but it can never to obliterate on soul.

H. Nandalal (Nokul) Singh
M.A. Pol Sc.
Heirangoithong West

# রাহৈ খরদং

ভোরবান বাংলা বা মা উপন্যাসপু ইবীবিবা শ্রীহৈস্নুম নন্দালাল সিংহনু অইবা অমা ওইবীবগীদমক থোকাই খুন্নজবি। নহা অনগী পুন্সিদা অসুন্না সাহিত্যগী লমদা খোংদাবীবকা মসে হাবনিংঙাই লৈতনা মুংঙাইজৈ।

অইবসিগী ভোরবান বাংলা বাংলা উপন্যাসশিং থোংচিঙেদা মহাক্কী থুংইদা হায়না পাতহি। অসিংন্নবা উপন্যাসসিদা ওইবসিগী লোপ তোপ্পা রাখলকোনগী ওইবা কহনাদো কয়াগী মতিক নিংতিজনা ফোংদোকলিবনো হায়বদা পানাবিনা পাবী বিবশিংনদু হংবীবগনি।

Dr. I.. Khomdel Singh
Deputy Librarian
M.U. Kanchipur

# অহানবা ফোংবগী য়ারোল

মীতৈ মচা অমা ওইনা সহিত্যগী লমদা অহৈবা অমা ওইনা খোংদজরিবা ঐগী মরুপ শ্রীহৈক্রুজম নন্দালাল সিংহনা ইদুনা থমজরিবা উপন্যাস অমদি শৈরেং কয়ামরুম লৈরিবসিদগী অহানবা ওইনা তোর্বান য়াংমা য়াংমা উপন্যাসসে পুথোকচবনি ।
ঐ ইশামক য়াওনা Manipur University গী লইব্রেরি জেনর‍্যাল সেকসন্দা অহানবা ফোংবগী থৌরমদো হৌখিবা ইং ১৯৯৭ কী এপ্রিল তাং ৩০ দা পাংথোকচখি । থৌরমদুদা M.U. গী Manipuri Dept. কী Prof. Dr. I.R. Babu না Chief guest L.M.S. Law College গী Principal P. Shyamkishore Singh না Guest of Honour অমদি M.U. গী Chief Librarian Ch. Radheshyam Singh না President কী ফমফমলাংদা লেংশিনবীদুনা মীয়ামগী মাংদা থৌরমদুবু চীং লেম্না পাংথোকখি ।

অসিগুম্বা উপন্যাসসিবু মীয়াম্না পানিংবগী অপাম্বা কয়ামরুম ফোংদোকপীরকপদগী তোর্বান য়াংমা য়াংমা ১ শুবা অমসুং ২শুবা শরুকসু অনিরকশুবা খুৎনম ওইনা পুথোকচরে । উপন্যাসসিগী ১ শুবা শরুক্তা যমুনা তুরেলগী ফজরম্বা ঈচেলগা নুংশি মগুমলাংগীদমক্তা যমুনা তোর্বান্দা শাজখিবা সাহজহানগী তাজমহলগা ফজবা চাংদম্নবা লাকপদা তোর্বান য়াংমা য়াংমা তাহনখিবদুনা অমুক্তা হেন্না ফজহনবীখি । অরোইবা ওইনা হায়জনিংবদি উপন্যাসসিদা Triangular love style হায়বদো মমি ফজনা তারি । অদুগা ১শুবা শরুক্কী অহানবা নমখিবদা ইশোয়খিবা থরসু চুমথোকচরে মসিগীদমক্তসু য়ারোবীরোই নিংজৈ ।

Kh. Ibochouba Singh
M.Sc (Physics Dept.) M.U. Kanchipur

# অনিশুবা ফ্রোংজবীগী ৱারোল

অইবা অমা ওইৱিবা তামো শ্রীহৈক্রুজম নন্দালাল সিংহগী তোর্ব্বান ৱাংমা ৱাংমা উপন্যাসকী ১ শুবা শরুক্তো পাক্তরুবদা কয়াগী মতিক চম্না ফজথ্রবা উপন্যাসনো খঙ্গখি। হায়বদি হিংনবা মীওইবগী পুন্সিদা ফজবা সদারোল অমদা গেংনৱিবা অৱা নুঙাইগী পুন্সিসিদা মহৌশা লাইরেনবী অমদি মীওইবগী খুৎশেমগী ফজরবা মরক্তা মতমগী ঈচেলনা পুবীদুনা তোর্বান ৱাংমা ৱাংমা তাক্তনবনি অদুগা শাবী শানৌশিংগী ওইরবা নুংশিনবা নত্তনা মমা, মচা, মচিন মনাও ওইবগী নুংশিনরবা মরিদুনা অমুক্তা হেন্না ফজহনবীদুনা মরৈবাক নিংজবশিংগী মরক্তসু অইবসিনা মরৈপাকপু নুংশিজৈ হায়না ফোংদোক্তুনা শৈথাবগা লোয়ননা ইরিবসে পাবীৱিবশিংনসু খংবীরগনি।

অনীশুবা ফোংজবী

**Kh. Prema Devi**

**Nambol Kamong**

# পুক্নীংগী ইথ্রিল

নুংশিবা থীবা লাক্লবা সংসারসিদা
নুংশিবগী ঈপাক্তবু ইরাক্করবা
নুংশিবগী মগুলবু খওগনি
খুংনবনা লানভম্বানি কায়নবনা মায়থিবনি
কথোকপনা পুকচেল চাওবনি
ওাকপীবনা মীওইবগী থম্মানি
কনথীবনা ঈশ্বরগী গুলনি ॥

নুংশিবনা পুন্নমক্তগী হেনবনি
নুংশিববু ফংলবা অরাংপা লৈতে
অরাংপবু লৈরবা নুংশিবা নল্রবানি
অপাম্বনা কনকপান পুক্নিগী অওনবনি
নুংশিবনা মপোকসিগীনি
নুংশিবনা সংসার লোমান
নুংশিবনা থরায়পানবশিংগী খুংলাইনি ॥

অইবা :—

## "খুরুমজবা"

হো ! ইমা কংলৈপাক
কোলোয় মিংলেন মণিপুর
তোল্লবা নচাগী পোক্লফম লমদম
রারে কৌবতা হায়জম্রবী ইমা-ও
অথাং কনবী ইমানি নঙদি ।।
নখুয়দা হন্না হন্না খুরুমজরি
নপারিনা লেংজরিবা লৈ পরেংসে
লৈচল চাদে, লংলা শোল্লি নিংবীগন্নু
পংলবা নচাগী খুদোলনি থনবীয়ুকো
হে ! ইমা পুকচেল চাওবী কংলৈপাক ।।
ইমাগী মীৎলু পীরাংদি তৈথোকচবা ঙমজদে
কচ্চরিবা পংলবা নপারিগী খুদোল
"তোর্কান রাংমা রাংমা" উপন্যাস সিমতং
লৌশিনবীহুনা ঈশ্বরগী খুয়াদা য়োৌহনবীয়ু
হে-ইমা পুকতপ্পী, মীন্নুংশি চাওবী ইমা-ও
হন্না হন্না খুরুমজরি ইমাগী নখুয়াদা ।।

অইবা, —

# অহৌবা

"পীরাংতনা ঈহৌরকুন্না মিংলুসিদা
অরাযগী তম্পাক্তা তিঞ্জরগা
পীরাং মরিক মরিক্কী পাওখোঙনা
তম্বীরম্লে খুদোল ওইনা
তোর্ব্বান অনিগী ঈচেল অমগুম
পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ ফাওবদা" ।।

পাল্লবা লাইজগী ঈপাক্তা লেমলৈ ঙানা মনীং তম্না শান্ন-জবগুম শান্নজরি শাবী শানৌ কয়াস্থু থিংবা ঙমদ্রবা যবনগী পুন্সিদা। ঈশিংগী ঈমায়দা থাংনা য়ানখিবদা মমি তাদ্রবস্থু মুংশিবগী থম্মোইদা তাখিবা মুংশি মমিদি কৈদৌঙৈদস্থু মুৎপা ঙমলোই। ঈশিংগী ঈপোম্না লৈরায়দা জম জম য়েবগুম কায়নবগী চৈনানা পোখাফম খঙদ্রবা থম্মোইসে পোখায়রগে মতাগুম খক খক চোংই। মৈগী চীং মমুংদা লৈবা অশাবা লভাগুম থম্মোইনুংদা ফুমহুনা থমজরিবনি ঙসিস্থু "পীরাংগী পাউখোঙ" ওইনা × × × ।

পুর্নিমা থাজগী ফজরবা মায়থোংনা তত্তুনা মৈশা লাংহনবী অহুগা থাশিগী অহিং খুদিংতনা তু চুংনা কিহনবীরবী উপায় লৈজদ্রবী সুসমিতানি। অহুগা সমাজগী মীনোক মৈশাবু কিজবীদি মেনকানি।

অজিৎ, থাপ্লবা মীরমসিগী রাং চাওরবা ফুরা দলাল, নিল খোংলবা সহরসিগী মরক্তা লৈজরবস্থু, মহৌশা লাইরেম্বীগী খুদোল ওইজরিবী পীক্লবী ইমা মনিপুরবু নিংশিংজবদি লেপ্পা লৈখিদে।

ঙাসিমু নীংশিংজরি কাউর্বা ওমজত্রবা চীং, তম, ইম্ফাল ময়োলগী পীক্লবা কম্বী শোরোক, তোর্বান নীখায়হৌরবী তুরেলশি তিঙ্খং তুম্বোতনা থলহৌরবী চন্দ্রনদীগী খোংফুং। নমথীবতন পাপ লংশিনবীরবী নমুল। মরালতা শিবীরবী অয়োনবা ঈখোং চামথোকফম ওইরিবী ইম্ফাল তুরেল, অসিতা নত্তে মিওং মিনৈন খাংবদা রারবী মীতৈ ইমাগী তম্পাক্তো লৈহৌই "পীরাংগী পাউখোঙ" ওইনা চীংলোন্দুগী মঙুংদা × × ×।

অজিং মান্নবা থৌদোক অমা নিংশিংলকপা মীকুপসিদা কাওবা ঙমলরোইদবা হৌমিন কামিন্নরকপা মশুং মমান্নবা ইপ্রোবু নীংশিং-জরগা থীংবা ঙমত্ররা মীৎলুগী পীরাংশিংতনা ঈশিং ঈচাও হৌরকপগুম লেপ্পা কৌবা লৈতনা শিম্নজন্নগা যমুনা তুরেলগী তোর্বান্দা লৈরিবা তাজমহল মখোঙদা ফমত্না লৈরি। প্রামেসমু **Training Programme** গী অহাংবা মতম খজিক্তং ফংজবসিদা তাজমহল মখোঙ তম্না লাক্তুনা অচিকপদা ফমলগা যমুনা তুরেলগী নীংথিরবী ঈচেলবু য়েংজগে হায়না তাজমহলগী অকোয়বদা মুম লাকলি। অজিং ফমত্না লৈরম্বদো উবদা প্রামেস পরপ পরপ চংশিল্লকুনা অজিংকী মনাক্তা ফমই। অজিংকী মতৌসে উরগা প্রামেসনা মুঙাইতনা হায়রকই—

প্রামেস—মরুপ করিগী শিন্থরিবা মীৎলু পীরাংনো ?

অজিং—করিগীমু নত্তেদো।

প্রামেস—হংল্লবমু নংগী হৌনবী অসুম্না হেক্তা খুমই।

অজিং—ঐগীদি করম্না পাউখুমগনি হায়দোক্রবা ফোংদোকফমমু

লৈজদে অহৃগীনি শিঙ্গ্নিবা পীরাংসে।

প্রামেস—হেরা মরুপ নঙসিমা ওস্থোকপা রাবু হায়রেদা ঐসিবু নঙগী মরুপ নত্রব্রনে? নঙদি Training লোয়রগা চংথ্রনি অহৃগা ঐগীদি ইংগ্নী নৌনা তোহ্নুনা লমদমসিদা লৈহৌখিনি খল্লুবদা ত বু তল্লবনি।

অজিৎ পীরাংদো তৈথোক্লহুনা হায়রকই,— নহাকী Regiment তো কদাইদনি হায়বা?

প্রামেস Jammu & Kashmir দনি।

অজিৎ—ফনাদি কুইরকলেকো ঐখোয়নি উনখিদবসে অহানবা lieutenantগী Training লোইরগা কাম্বনখিবদগী উনখিদবহুনা হন্দক অমুক থেংনরিবসিনি।

প্রামেস—উম ফনা কুইর'ক্লে অদো মরুপ করিগুম্বা চহিগী ছুটি চংপদা মনিপুবদা থেংনরবদি ইমাখোয়গা পুম্না আলু য়োংচাকী ইরোনবদো চাম্নিসিকো।

অজিৎ—হোয়নে মরুপ ফনা কুইরে ইরোনবা চারক্লবসে নঙনা ওসি নিংশিংলকপসিদা চাবু চানিংইদা।

প্রামেস—উম চানিংলমগনি ঐস্থ চানিংলিবনি অদো মরুপ তাজমহলসে ফজনা থুং চংনা মতম চংনা শারম্বা জাংনিকো।

অজিৎ—হোয় মরুপ নিংথৌনিনা তৌনিংবতা তৌরম্বজাংনি

প্রামেস—তৌনিংবতা তৌরমলবস্থ সাহজহাননা মমাতাবু হুংশিজবসিদি পৃথীবীদা মমিং চংলিবনি হায়বসি কাওরব্রনে?

অজিৎ—উম নঙনা হায়রিবদো চুমই অহৃগা মীয়াম্নস্থ অস্থুম্না

হায়নৱি,— যমুনাগী জমুনাগী ফজবা ঈচেলনা তোর্বান্দা নুংশি মগুংলাংগীদমক্তা শাজখিবা তাজমহলগা ফজবা চাংদমনগে লাক-পদা; মুংঙোতপা শারবা সহাজহানগী তাজমহলনা যমুনা মপান্দা নুংশি কায়নবগী তেংথাখোলহনা মায়গৈ মরিমক্তা নিল্লম্বদো থেংন-ৱদগী যমুনা তুরেলগী ঈচেলনা ইকায়হুনা হঙ্গৎনা চেনখৎলি হায়নৱিবনি।

প্রামেস — অস্মুক ফজরবা অর্থ চেল্লবা ৱাঙাং ৱাতা ঙাংলিবা মরুপ নঙসে কনাগুম্বী অমা কায়নরমগদবা মাল্লি।

অজিৎ—চুম্মী মরুপ কায়ননদি মশীং থীঙমদ্রে অহুবু শাবী শানৌগী ওইবা নুংশি মুংঙোলগীদি নত্তে।

প্রামেস —মরুপ নঙবু নুংশিবা হৈতব্রা, নুংশিনবীগা নৈরক্তব্রনে ?

অজিৎ—নুংশিবদি করিনো খঙই অহুবু মুজা ওইবী কনাগম্ব নুংশি লম্বীদা খোংদাজরক্রি।

প্রামেস—অহুগা কনাগী ৱাখলদা নঙগী পুন্সিহুনা লমুক্রিবা ?

অজিৎ—খঙদে কনাগীদংক লমুক্রিবনো ঐ হায়বা ঙমদে অহুবু মরুপ ঐখোয়নিনা ফমলিনা মফমসিমক্তদনি নোংমা মুজা অমথক মদোম তোর্বানসিগী বাবসিদা মখুৎ অনিহুনা পায়জরগা মরাই-বক্তুনা মখুৎ অনিহুদা নম্ভজরহুনা ৱনাবু য়েংদবমখৈ যমুনা তুরেলগী ঈচেলবু য়েংজহুনা লৈরমই। মহাক্কী মতৌদো ঐস্মু লোম্না লোম্না য়েংথি। মহাক্কা তৌরিবা মতৌহুদা ঐহাক মুঙাইত্রহুনা চংশিল্লগা হিন্দী লোন্দা হংজখি,—ৱায়ৌবিগম্নু শোমবু ইপাং কনাস্ম য়াঙদনা তোর্বানসিদা নিংবা কায়বগী মতৌঙম ফমহুনা ৱনাবু ঙাইবিরি-বনো ? ঐগী ৱাহৈসে তাবদা মুজাদো মমায় তপন তপনা

লৈথোরকই — পীরাংতনা থুম্নংলবা মীংম্না অনিগী তোর্ব্বান ওইরিবা মীংপালশিংদো ঙাকচবা ঙমজ্রবা পীরাং মরিক মরিক্না কুমগী নোং চুথরকপগুম থাজগী মায়থোংমুক ফজরবী মুজাহুদগী মায়থোংহুদা থীংবা ঙমজদ্রহুনা লৈমায়দা তপ, তপ, তারিবী মুজা-হুবু উরুবদা ঙহাক্কুংদি কঙাওনহুনা থম্মোইদা ইথন্তা হংজখি মুজা নঙবু কনানো ? ঐতা ন'ত্ত মুজাহুস্মু চঙক্লরহুনা থুমলকই, — করি তাকশীগদবনো কনাবু থিবিরকলিবা ?

অজিৎ—কনাস্মু থিজবা নংচাদ অদোমগী মতৌসে য়েংবদা মুঙাই-জদ্রহুনা হংজবনি।

মুজাহুনা—অচিকপতবু নামজবা থম্মোইনা মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজববু য়েংঙরিবী ঐগী অচিকপা মতমবু করিগী থুগাই-বিরিবা ?

অজিৎ—ঐহাক য়ায়া লানথ্রমায়ে ব্লারৌবিগনু ঐবু ঙাকপীগনি। অস্নুম্না হায়রমলগা ঐহাক ইথন্তা তুমিন মুজাহুবু কনানো উথিবগুম তৌই শোল্লা, শোল্লহুনা, ঐগী লৈফমদা লাকথি।

প্রামেস—মুজাদো কনানো ? মমিং করি কৌবগে ?

অজিৎ—ঐস্মু মতুংদা অমুক খেংনরবদি হংগে খনজবনি অহুবু লাইবক থীবা হায়গদ্রা ইকুই কুইদনা ঐস্মু শ্রীলঙ্কাদা অহুম চংথি।

প্রামেজ—অহুগী শকথঙদবীহুগীদমক নঙনা লমুক্করিব্রা মরূপ ?

অজিৎ—উম মরূপ মহাক্তো ঐগী মরূপ ইন্দ্রাগী পুন্সিবু তেংবাংবী-থিবী মরাল লৈজদ্রবী সুসমিতা ওইরমগদ্রা চিংনরিবনি।

প্রামেস—ইন্দ্রা হায়রিবসিনা কনা অদুগা সুসনিতা হায়রিবসিনা কনাবো ? মরুপ নঙগী ব্বারীশিংসে ঐগী ইফমদা ময়েক শেংনা অমুক্তা ভাইমনীয়ু।

অজিৎ - থংদেদা মরুপ হায়কমবু থংদে করদুবু ঙমসিগে থাখল নাইনা মরোল, মরোল থমজরিব ভুংশিরবা ঐগী মরুপ ইন্দ্রগী হৌখিবা খোদোক্লী ব্বারী খরসে ঙসিদি লিরগে। ঙসিদি ভুংশিরবা মরুপ ইন্দ্রাদো মফম থঙদনা নকশিন্নবা য়াম্রবা তোবান্ন বামো বংমগী পুন্সি ওইরে। মা-ঐ শাদক পীক্লিঙ্কেদগী চাক পুথম অমত্তনা চামিন্নরকপা ইমা-ন্নবনি। ঐগী পাবুদো Army officer ওইবনা ঐহাক পুংকক চাঙরকপদগী পাবুংগী মতুং ইন্দুনা দিল্লীদা লাইহৈক ভমলকখি। ঐনা দিল্লীদা লৈরিবেদা নোংমা পাবুংনা চটিগী ছুট্টি চংপদা ঐগু পাবুংগা লোয়নন্না মনিপুরদা থোকনিদুরকুনা মতম কুইনা উনরক্তবা ইমা চানুনি, ইনাও সুনিল, ইকে দিদিতা অমাদি মরুপ ইন্দ্রাখোদবু উনদুনা চাক হৈনিং কয়া চানিন থকখিখি। মতম থরা মনিপুরদা লৈরমলগা ঐহাক অমুক পাবুংগা দিল্লীদা হল্লকখি। অমুক চহি কয়ামরক দিল্লীদা লৈরকলবদা নোমা থঙহৌদনা ইন্দ্রা ঐগী ইনাগা লাকখি।

অজিৎ—মরুপ ইন্দ্রা উন্নরক্তদুদু খুদোয় থাজদনা করম্না ?

ইন্দ্রা—মরুপ, Boxing national championship অমা যাওবা লাকপনি ঐখোয় রামই Team অমনি।

অজিৎ—হৌজিক্কা কদাইদা লৈরিবা ?

ইন্দ্রা—Delhi University দা Eng. Dept. কী Assistant Professor ওইরিবী অমগী মুমদা লৈজরি।

অজিৎ—মনিংবু করি কৌবগে ?

ইন্দ্রা—সুসমিত কৌই তু আ কার মচুংদা ফমলিবীসিনি।

অজিৎ—চংমিন্নরকপা য়াদ্রা ?

ইন্দ্রা থবক অচিনবা অমা লৈমাল্লে থুনা থোরকউ হায়হৌরি।

অজিৎ ফরে অহৌদি থিন্দোক্লগ অদুগা হয়েংদগী ঐদি Dehradun দা চৎপা তারে।

ইন্দ্রা - করিগীনো মরূপ ?

অজিৎ—ঐহাক Army গী lieutenant ওইনা IMA দা Training তৌরগনি অদুগীদমকনি মরূপ।

অমুন্না মুনিংতুমদগী উনখিদবদুনা অমুম লাপথোক্লখিদুনা Training লোয়রগা চহি অচুমগী মতুংদা মনিপুরদা ছুটি থোরকপদি ইতাও ইন্দ্রাবু উন্নবা ফংখিদ্রে। মহাক্কী য়ারী য়াথোং ফনা য়ান্না হংজখি কনানসু শেংনা তাকপীরকখিদে। ঐগী মহৌদুদা মুক্তাইত্রদুনা ইনাও মুসজনা নোংমা ইন্দ্রানা মাংখিবগী য়ারীদো ফজনা লিবীরকখি,—

প্রেমেস—মুসিলসে ইতাওগা হেক পোকনিন্নব্রা ?

অজিৎ—নত্তে মহাক অমদি বিনিতা ইমা অতোনবীগী মচানি ঐগী ইমাদি ঐনা পীকন্নিউদা লৈখিদ্রে।

প্রমেস—মরুপ ইন্দ্রাগী ৱারীদো মথা চংথবীরকড।

অজিৎ মথা তানা ইন্দ্রাগী ৱারী অস্থুম লিরকই,—

ইন্দ্রা Delhi দা শান্নবা লাকখিবত্থুদা সুসমিতাগী য়ুমদা লৈরকপদগী ফজনা খংনজখি। ইন্দ্রানা Best Boxer ওইরকপা অমদি মনিপুরদগী লাকপা শান্নবোযশিংনা Team Champion ওইবদা সুসমিতাসু য়াম্না হরাওজখি। ইন্দ্রাখোয়না মনিপুরদা থোক্কদবা নোংমা ৱাংলিভৈদা সুসমিতানা শান্নবোইশিংবু Tea party অমা তৌত্থুনা ৱারী ৱাতায় কয়ামুক শান্নখি।

সুসমিতা—Mr. Indra here is my home address.

ইন্দ্রা—O.K. Thanks Madam. What gift I'll bring from Imphal?

সুসমিতা—As you like I can't say about your gift.

ইন্দ্রা—Madam, excuse me, we want rest at this time

সুসমিতা—O.K. good night, sweet dream.

ইন্দ্রা—O K. Madam, sweet dream.

অস্থুন্না হায়রম্নগা সুসমিতা মাগী কাদা চংখ্রে। অদুগা ইন্দ্রা-খোয়সু তুমিন তুমিন লৈনখোই। সুমিদাংগী মতমনিনা কনাসু লাং-নরক্তবা ওইবনা মখোয় পুম্নমক তুমথনখ্রে।

নোংঙানখিবা থঙহৌদে অয়ুক ঙন্তা হৌগংনত্থুনা নচিন ময়া শেংত্থুনা ইক মাইথজরবা মতুংদা মাগী মাগী পোৎচৈশিং য়োমশিন্দুনা থমম্লি।

সুসমিতা চংলক্তুনা হংজে, ঙিন্দি লোন্দা —

সুসমিতা—ইন্দ্রা হোরেন পুং কয়াদা চংকনি ?

ইন্দ্রা নুংদাংরায়রম চংকনি মেডাম।

সুসমিতা - ফরে অদুদি ঐহাক University চংলুখিগে।

সুসমিতানা University চংখ্রবা মতুংদা ইন্দ্রাখোয়স্না য়ুমগী পোংচৈ লৈনবা থোকখ্রে।

সুসমিতা ময়ুমদা হলকপদদি ইন্দ্রখোয় কনামত্তা লৈরমদে। ঙাইহাক্তং তুমিন ফমই অঞ্জলিদা হংগদবস্মু হংদ্রে। খরা থেংজল্লকপা পুং ৪ মুক তারকপা অদুরাইদা ময়ামদো মথং মথং চংলকই।

সুসমিতা—নখোয় কদায়দা চংলুইনো ?

ময়ামস্মু অস্নুম্না হায়রকই,—য়ুমগী পোংচৈ খরা লৈনবা চংলুবনি মেডাম।

সুসমিতা—ইন্দ্রাদি কদায়দা লৈহৌরে ?

অমথক্লা—তামোদি রারে station দা ঙাইরমলগে হায়না লৈ-হৌরে।

সুসমিতা—সে সে কার সিদা পোংচৈশিংদো হাপলো নখোয়স্মু থিনবীরগে।

অস্নুম্না সুসমিতানা ময়ামবু থিনবীরকই, station ম্নোরদুনা মাগী মাগী পোংচৈ পুরদুনা Train লাকপা ঙাইরি। ইন্দ্রাস্মু ঙাইহাক লৈরগা ময়াম থেংনদুনা পুন্না Train ঙাইমিন্নরি অদুগা

সুসমিতাদি ইন্দ্রাখোয়না Train মনুংদা চানবা হৈরা খরা লৈগে হায়না মপালোমদা থোকখি। Train লাকলে পোৎচৈ হাপচনহুনা মাগী মাগী মফম চানা চানা ফমনরে। সুসমিতা মথুত্তা হৈরা অচা অথক খরা লৈহনা পুরকই। ইন্দ্রাদি ইচক ঙক্কা মেডামসু Station সিদা লাকইনে হায়না মমান্নবশিংদা হায়।

মমান্নবা অমথক্কা নগদি খংলমলোই মেডামসে নঙ উদ্রবদি লৈবা ঙমদ্রে হায়না ঐখোয়দা ঙশাইনা হায়রবনি।

ইন্দ্রা—ভায় নখোয়সে য়ান্না মান্নাম্ন ফাগী তৌখ্রেদা।

অঙাং অমনা—তামোবু কদায়দা লৈহৌগে হায়নসু হংই। ঐনা ৱায়ে হায়হুনা Station দা লৈহৌরে খুন্বদা মেডামসু চৎকনি তামো উনগনি হায়হুনা লাকমিন্নরিবনি।

ইন্দ্রা—অহুগা ঙসাইদগী কদায়দা লৈরুরিবা ?

মরুপ অমনা—অহুবুরো শকফজবা নংনা হাননবা অচা অথক লৈবা চৎথ্রিবনি।

ইন্দ্রা—ওস্থোরুবু ইকায়রেদা ঐদি ফাগীহুম মাল্লুরে অওইবগীসু অচা অথকনিনে পুরকলিবসে।

অঙাং অমনা—শিনিনে তামো শক ফজগনু হায়বদো ঙসিদি দিল্লীগী হেলোয়না ফাগদোরেদনা, য়ুম য়োরগা ইচে ~~ময়ামদো~~ মেনকদা হাদোয়ক্কে ৱা ৱা নোকই তাঙ্গাসিদা সুসমিতাসু য়োরকলে।

( হিন্দিদা শান্নবা ৱারীনি )

সুসমিতা—ইন্দ্রা সে হোরেল নখোয় লম্বীদা চামিন থকমিন্নৌ।

ইন্দ্রা—মেডাম য়াম্না রানা হোৎনবীরেদা কৈদৌঙৈ মেডামগী লমন শিংগনি।

সুসমিতা—হে অপং লমনগী রা নত্তে সিদি চুম্না মতেং পাংনবনি মী-ওইবগী চংনবানি।

ইন্দ্রা—ত্রেনস্তু চৎকদৌবা ডাইহাক রাংশি অঙ্গুরসি এৗ খোয় ময়াম চামিন্নসি।

সুসমিতা—কোন্না চারোদা করি রাংশি ঈশিংগা য়াওরব্রা ?

অঙাং অমনা—তামো mineral water bottle সে অনি, অহুম লৌশিনখিসিদনা।

সুসমিতা—ঐ লৈরক্লগে, লৈরক্লগে।

ত্রেনস্তু তপ্না, তপ্না চেনহৌরক্লে সুসমিতা নংহৌররোয় মতা-গুম য়াম্না থুনা bottle শিংহু পুহুনা চেল্লকই। ইন্দ্রাদি সুসমিতানা তৌজরিবা মতৌদো উবদা নুংঙাইতবা অমস্তু পোকলে। সুসমিতা bottle শিংদো পীবা ঙমহৌদ্রে। সুসমিতা bottle শিংহু পায়হুনা লেপ্তুনা চেল্লিবা ত্রেনহুবু মীৎ কুপ্তুমখৈ য়েংহুনা লেপহৌই। ইন্দ্রানা খোংনাওদা খুৎ খিন্দোতুনা Bye, Bye হায়না মীংনা উরিবমখৈ কায়জরমই। সুসমিতা উপাইদি লৈজদে খুৎ নামদো থাংগৎতুনা bye, bye হায়না পীজখি।

ইন্দ্রা অমস্তুং ত্রেন্না চংখিবদো ঙহাক্তুং য়েংজরবা মতুংদা উবা ফংত্রবদা station দগী থোরক্তুনা মহাক্কী car থৌহুনা নুঙাইত নুঙাইতা ময়ুমলোমদা লাক্লে।

নকশন্নরুবা, খঙনরুবা তৌবনিনা স্নুসমিতাদি ইন্দ্রানা চৎখি-বদা য়ান্না হুঙাইজদে। নুমিদাংতুমদি নীংথিনা মেংলবা থাজগী মাইথোংতুবু য়েংলগা খাংজে। থাবলগী মঙালনা য়ৈবদা ইকাইজতুনা গুনাপ পাম্বীগী মরুমদা লোন্না ফমতুনা লাপনা লাক্লিবা ত্রেনগী খোঞ্জেলতুবু তাজরগা ইন্দ্রাবু য়ান্না লাপনা উবা ফংলরোইদবা মফম অমদা পুবিখিবগুম নীংজৈ। নুমিদাং তুমদি চাক ঈশিং মপুং ফানা চাবা য়াদ্রে। নীংশিংজতুনতা লৈখি ইন্দ্রাগী ফজরবা শাবান অমদি চীং লেম্নবা মোমোন মোমোন তৌবা মায়থোংদো॥

শোমদনা ইন্দ্রাখোয় লম্বীদা অরাবা কয়া থেংনজরবগু ইম্ফাল য়ৌরকপদা মখোয় লোইনা হরাওনৈ।

ইন্দ্রা—ময়াম পুন্নমক পোৎচৈ শুনরব্রা। ময়ামদো মাগী মাগী পোৎচৈ য়েংনৈ অতুগা খুমলকই অরাংপা করিগু য়াওনদ্রে।

ইন্দ্রা—ফরে ময়াম কায়নরসি অতুগা হয়েং অয়ুক্তি ওফিসতা পুনশি।

ময়ামগু হোয় হোয় হায়তুনা ময়ুম মায়গৈ পাংনখ্রে।

পোম্বী চেরা কয়ানা চাক্তাম্নিরম্বা অমদি মনা পুংলবা উপালদা পুল্লপ, পুল্লপ তোংমিন্নতুনা য়ারেকমিন্নরক্লবগু মাগী, মাগী মতম য়ৌরক্লবদা হৌনবা কৌদনা ঈশ্বরগী মনাক তম্না চৎনখি।

মতম কুইনা উখিদ্রবগু ইন্দ্রা ময়ুম থোঙ্গাল হেক য়ৌরকপদা মপাবুংবু নিংশিংজৈ। মহাক্না মীরমদগী শান্নবা হল্লকপা খুদিং মৈ ওকপীবা শঙ্গোম লোন্দুনা পীথকপীবদো মমিৎতা তত্তুনা উরি। ওসিদি মচাগীদমক খঞ্জবদা রারবী মমা বীজেনতি মকোক খুমতুনা

মৈখেং অমা পায়দুনা কপ্লিবী মশুনুপী শান্তিগা থোকমিন্নরকই। ইন্দ্রা মৈ ওত্তুনা ঈমুংদা চঙলকই। মহাক্কী কাদা থেৎলিবা মপাগী ফোতোবু য়েংজরগা খোঞ্জেল থোক্না হায়রকই পাবুং নচা লাকচরে। পাবুংগীনি হায়দুনা নচানা খুদোল অমতং পুজরকই। য়েংবীয়ু পাবুং লৈ পরেং নংচদে পুজরকলিবসে অনৌবা চহিসিগী ওইনা সনাগী তকমালনি নচানা পাবুংগী ওকশমদা হুকচরিবসে"।

অশুম্না মচিন্দা হায়জদুনা ইন্দ্রা সুৎ, সুৎ কপই তাঙ্গাসিদা মমা বীজেনতিনা কৌরকই —

বীজেনতি—ইন্দ্রা, ইন্দ্রা তারিব্রা? ঈশিং শারে লাকও, লাকও ঈরুজথোকলয়ো।

ইন্দ্রা ঈরুমায়থজদুনা চাক ঈশিং চাবা তোকলগা ময়াম্বা, মতৈমা অমদি মমাখোয়গী পোৎচৈ মফি মরোল য়েনথোকলে।

পীকলিবী মচানুপী শান্তীগী খোঞ্জেলদো শেংফাব্রবম্ তাবদা খোয়থুমনরবী হন্না হন্না তানিংবা খোঞ্জেলনি।

শান্তিনা হায়রকই—

শান্তি—ককা —ঐগীদি—

ইন্দ্রা—সে খোংগ্রাও, ফুরিং, তুপীসি নংগীনি ফজব্রা?

শান্তি—তল্লী কৈস্ু পামজদে ঐগীদি য়াম্না ফজবা লাইধী অতুগা য়ুমমুক চাওবা মিথাই লৈরকপা য়াদ্রা?

ইন্দ্রা—সে সে শাওন্নু মথং চৎপদা লৈবীরগে।

শান্তি—ককা দিল্লী হায়বসে য়াম্না লাপ্পরা?

ইন্দ্রা—উম লাপই।

শান্তি—ঐদি ঙরাং ইমাগা ইবোঙনা পুবিদুনা দেল্লীদা চংলুই। মবোক বীজেনতিনা মগুন্নুপী শান্তিবু কৌথোকই।

বীজেনতি—ইবেম্মা শান্তি লাকও, লাকও নঙ ককাদা য়েংলুরন্নু ৱারমলনি পোথাজরসন্নু।

অসুম্না, মমা-মচা মখোয় ৱারী ৱাতাই ঙহাক শান্নরবা মতুংদা পোথানখ্রে। নোংঙানবগী অয়ুক ঙন্তাদুদা ইন্দ্রা মফী মরোন শেং-চিল্লগা হোন্দা থোদুনা শান্নফম Institute তান্না চংখে। ইন্দ্রা ওফিষ্টা ঙহাক ফমই ময়ামসু মথং মথং য়ৌনরক্লে। ওফিষ্টকী প্রেসিদেন্ট সেক্রেটরী অমদি অতৈ মেম্বরস অনৌবা Students লোয়না পুল্লে, মখোয় ময়াম মনিপুরনা টিম চেম্পিয়ন লৌরকপগীদমক মুঙাইবা ফোংদোকচৈ। ময়াম পুন্নমক লাক্লিবা তাং ১৭সিদা অচৌবা চাকলেন অমা শিল্লে। ঙহাক লৈরবা মতুংদগীদি ময়াম পুন্নমক কায়নরসি হায়দুনা চৎনখ্রে।

ইন্দ্রা- য়ুমদা হল্লক্তুনা চাক ঈশিং চারবা মতুংদা কোলেজ কাখ্রে। কোলেজদা মান্নবা,মমান্নবী কয়ানা হকনরবই ইন্দ্রাখোয়দি শক ফজবগী মথক্তা ওল ইন্দিয়াগী Best Boxer সু ফংলক্লে হায়না ঙরাং Radio গী পাউদা হায়খ্রে। ইন্দ্রনা ময়ামদা ফাগী তৌরকই।

ইন্দ্রা - অদুদি নখোয় ময়াম্না ঙসিগীদি খিলাইরোদনা। ময়ামদুনা মেনকা লৈরিদনা করিগী হায়দগে?

মেনকা—ঐদি ঙসিদি শেল অমত্তু পুরক্তে।

ময়ামতুগী মরক্তগী প্রভানা খুমলকই অতুদি ইন্দ্রানা খিলাইবা তারে।

ইন্দ্রা—ফরে, ফরে Canteen দা চৎলসি।

মখোয় ময়াম Canteen দা লাকমিন্নে।

ইন্দ্রা ময়ান্না পাম্বদো হেক্তা হায়বীয়ু মহাজোনসে ঐগী ইকুবোকনি মানা থোক্পা তৌজরক্কনি।

ময়ামদো রা, রা নোকই অতুগা অস্থুন্না হায়রকই—। ইন্দ্রাদি মকুবোক কয়া শুরবনো? মেনকাগী পাবুংদি করি কৌগদোইবা।

ইন্দ্রা—ইবেন্মাখোয় নখোয়সে ওস্থোক্কা হৈ-শিংখ্রে ঐবু হৌজিকপু মেনাকা লুহোংবা তারিব্রা?

প্রভা—হোংদ্রবদি নয়ুমদা হেক্তা পুরক্কদোয়নি।

ময়ামদো রা রা নোকমিন্নে,—

ইন্দ্রা—ফাগী নত্তে ময়মস্থু তারিদনা ঙসিদি ময়ান্না শাখি ওইরগা মেনাকাসে অরেপ্পা খঙদবা য়াদে।

মেনাকা—ইবুংঙো শক ফজবা নংনতুম হেন্না পাখৎখ্রে ফাগী তৌরিবনি হায়তুনা কদায় কদায়দগী লৌরিবা মীংগোনো।

ইন্দ্রা—ফাগী খরা তৌদ্রবদি নাহলউঙেস্থু উনবা ফংলক্রবা ইমান্নবা, ইমান্নবী ঙাক্তনি।

মেনাকা—অদো কয়াম কুইনা ঙাইখো হায়রিবনো?

ইন্দ্রা—B. A. সে হন্দক্তি লোইরগা থবক অমগদি তৌখিগেদনা।

প্রভা—অশেংবা হায়নহৌ হয়েং রাসে শোইনরগা ঐখোয়বু মৈশা লাংবা য়াওহনবীন্নু। প্রভাগী রাসে তারগা ময়াম নোকমিন্নে।

ইন্দ্রা—ময়ামবু করি করি লৌথিসিগে ?

সুসিল—ভায় য়াম্না পীজরগুমসি শেল য়াম্না তারমল্লনিদা।

প্রভা—হৈমা সুসিলসিদি য়াম্না লিকইনা য়ুম পানবা হৈগনিদা।

সুসিল—ইবেম্মা হেলোয় মানবী নখোয়না অপংবা ইতাওসিবু থেমজুনা পংচাদা চাথোকপিরে।

প্রভা—পাখংগী মরলবু লৈশাবীনা চাদনা কনানা চাগনি ইবুংঙো কনজুস।

সুসিল—ইবেম্মা LLB তমদনা advocate ফমথোল ফংলিবী নংসে করিগুম্বা ঐখোয়গুম্বা থেংনরুরবদি নয়াবু মজনি।

প্রভা—নঙসু পাখং মল্রো ঐসু লৈশাবীনে ইবুংঙো কনজুস।

প্রভাগী ৱাসে তাবদা ময়ামদি নোকমন্দনা মপী তাবসু য়াওরে।

ইন্দ্রা—ভায় ঙসিদি নুপীনা মশিং য়াম্বা হেল্লে অতুননি ম.খায়না ঙমলিবসে।

সুসিল—হয়েংদি ইমান্নবা তরামুক হেক্তা হান্না নেক্লগা ফমহল্লম্লগে।

মেনাকা—ফাগী নত্তে সুসিল ৱা অমা হায়গে।

সুসিল—করিনো ?

মেনাকা—নখোয়গী ফাগী হৈবসিবু অতোপ্পা কনাগা কোইগেনে ?

সুসিল—হেরা অতুদি খঙদেদা নোয়, নোয় থোকপা ঙাংনজো। ময়ামদো হা হা হায়না নোকই।

ইন্দ্রা—ময়াম কায়নরসি Exam লোইরগদি পাক্না থেংনগদবা মান্দে অতুবু লম্বীদা থেংনরবদি থৈ, থৈদুনা চংনগুমসিকো।

প্রভা—ঐদি ইন্দ্রা থেংনরবদি মতুং কোইন ইন্নগনি।

সুসিল—কক্‌চেংনিনা চিনি লৈবা মফমদা কোইন ইনবা তাবনি।

মেনাকা—অতুদি ঐদি মাংজরেদনা।

সুসিল—করিগী মাংজরুনি কক্‌চেংসে ইন্দনবা হান্না চিনি চফুদা লুপশনবীহোরগা তেংনা চাথোকপীরো।

ময়াম ফাগী তৌনা, তৌনতুনা নোকফেং, নোকফেং তৌনা Canteen দগী থোক্লরকলে।

মেনাকা—হয়েংদি সেনিমা য়েংসিদনা।

ইন্দ্রা—ঐহাক চাক চানাবা অমা লৈ।

মেনাকা—ফরে অতুদি Exam. লোয়রগা কোন্না য়েংলসি।

ইন্দ্রা—করি সেনিমানো নঙনা য়েংনিংলিববো ?

মেনাকা—অতুবুরো মনজোকমি।

ইন্দ্রা—হেরো হেরোইনবু কনা কনানোনে ?

প্রভা—জিতেন্দ্রা জয়াপার্দনি।

ইন্দ্রা—ফরে হংচিং য়েংলসি।

মেনাকা—কদরায়দা থেংনসিগে ?

ইন্দ্রা—প্রাতাপ মমাংদা অতুম থেংনরসিদনা।

সুসিল—ঐদি শেল পায়দেহে—ঐ য়েংবা য়াওজরোই।

মেনকা—প্রভানা মরাইনা কক্‌চনি, প্রভাদি মরন্নাই শেলসু য়াম্না পাইবনি।

সুসিল—প্রভা ইবেম্মা অশেং অশেংবা হায়নসি নঙবু শোয়দনা টিকেৎ কক্‌পা ঙমগদ্রনে ?

প্রভা—কৱিনো শকহেনবা টিকেৎপো নিপানা কক্তনা নুপীনা কক্কদাৱনে ?

ইন্দ্ৰা—ঙশাইদি ইতাও সুসিলবু লিকইদা হায়বা হৌজিক্তি অশিংবা তান্নৱিবোইৱে:কো।

মেনাকা—ফাগী তৌবনিদা প্রভানা নহান্দগী কক্কানি হায়তুনা লৈবনি।

সুসিল – অওইবগীৱনে ?

প্রভা—নতৌ য়েংবনিদা নখোয়সে শিংব্রা য়েংবনি।

সুসিল—হো অশিংবী ই:বম্মা Advocate কৈদৌঙৈ ঐ:খায়গী চাকথুমদা ঙানখোইৱগদৌৱিবা ?

প্রভা—নথম্মোইদা শেংউ ঙসিমকস্তু লাকউ হায়ব্রা ?

সুসিল – অৱে অৱে ইবেম্মা মাংলে হৌজিক্তা লাক্কদি ননা থাকচনিকো।

ইন্দ্ৰা —ভায় ৱাকনু হৌজিক মতমসিদি নুপিনা নুপা হৌৱৱৰ্নে।

সুসিল—ভায় ইবুংঙো ঐনা শেল থোক্তবদি ঐবুদি চাবা হন্নবা থাকপীৱবা য়াই, অদুগা ইমা অশোনবীতুদি চাবা থাকপা ঙমজদে হায়তুনা মখৌৱি মেথৎলগা হাৎলমদনা তোক্কনিদা।

ইন্দ্ৰা—হোয়নে চুমইনে ইমাখোয়গী খন্দবা য়াদে।

সুসিল –ফাগীসু পঙতৌ মতৌনৱে শাওনগুমসিকো অতুবু হংচিৎসে পুং কয়াদনো ?

প্রভা—পুং মাপল মখায়দা উনসি।

ইন্দ্রা—ফরে অতুদি ঙসিগীদি কায়নরসি।

ইপাক কয়াদা চাক্তামিন্নরক্লবস্ু পোম্বী চেক্লাশিংদো মুংমিদাং-ব্লাইরম ওইরকপদা মাগী মাগী মতুমলাংদা হন্নবগীদমক মাগী মাগী মায়কৈ য়েংতুনা পায়নখ্রে।

মথংগী মুমিংনি ইন্দ্রাদ চাক চান্নবা চংখ্রে। বিনিতা, প্রভা, সুসমা সুরবিলা, উরমিলা মখোয় ময়াম ইন্দ্রাগী ময়ুমদা কোয়রকই। মমা. বীজেনতি, শান্তিদি T.V. য়েংতুনা লৈরমই। বিনিতা মাং থাতুনা চংলকই অতুগা হংজৈ,—

বিনিতা—ইন্দোমচা দদা ইন্দ্রাদি? মমান্নবী ময়াম মপান্দা লেপলি।

বীজেন্তি—কনা কনানো? চংমিন্নরকউদনা।

বিনিতা—শোমদা চঙলকউ ঙাইহাক্তা ফমখিসে।

মখোয় ময়ামদো ইন্দ্রাগী থংনবা কাদা ফমলি। শান্তিনা পরপ পরপ চেনশিলক্লুনা বিনিতাদা হায়ররি।

শান্তি—নেনে নেনে কৈনোমা য়েংলুলাওনে।

বিনিতা করিনোনে কোন্না য়েংগে।

শান্তি যাদে কৈস্সু লোয়খ্রনেবা।

বিনিতা—মসিগী অঙাংসে শাথিগ্রবনি মানা হেক্তা ঙম্বা।

শান্তি—নকোত্তুদা কাকশি হকপবু ইবেম্মা অফাওবী ককা ইন্দ্রানা T. V. মতুংদা চংতুনা শান্নরিবসে য়েংজরুলাও হায়বনি যাদ্রগা তোকচৌনা।

মখোয় ময়ামদো কদায় কদায় হায়না T.V. কাদা চংলকই। হন্দক্তা ইন্দ্রাখোয়না শান্নবা চংলুবা National tournament তুগী Reco d থাদোকপা ওইরমই। মমা বীজেন্তি চা লোন্দুনা পুথোরকই।

বিজেন্তি— ইচাশা চা থকশি নখোয়বু কদায় কদায়দগীনোনে ?

বিনিতা—দদাগী কলেজদা তমিন্নবা ঙাক্তনি।

বিজেন্তি—ইন্দ্রাদি চাক চান্নবা অমা লৈ হায়তুনা অয়ুক্তগী চংথ্রে। নখোয়বু করি করি হায়গদবনো ঐঙোন্দা হায়রম্বা য়াদব্রা ?

প্রভা—য়াজরে ইমা কোননা উনজরগে মহাক্লা হন্দক শান্নবা চংলুবদো হলক্লে তাবদা উননিংতুনা সুম চংথোরকপনি।

বীজেন্তি—ঐখোয় ইন্দ্রাসে হন্দকী Exam সে ঙমলদি দিল্লীদা M.A. তম্বা চংকে হায়রি।

বিনিতা—অতুদি য়াম্না ফৈ ইন্দোমচা ঐখোয় তাম্মোম্নু চংকনি হায়।

প্রভা—ইমা ঐখোয় অমুক য়োৌজরগে।

বীজেন্তি—ফমখো ইবেম্মা ননম্মাসু ওফিস কুমললগনি !

শান্তি—নেনে নেনে নঙদি ঐখোয়দা সুকচং চংলক্তে ঙসিদি চংহল্লরোই।

বিনিতা—শিংবনা মরোল অমা শান্তি নঙসে শিংলমলেনে।

শন্তি—শিংদবদি ঐসু হয়েং দিল্লীদা ককাগা চংতোয়নে অতুনা শিংবা তমলিনে ইবেম্মা।

বিনিতা—নখোয় ককানা নঙগী করি করি লৈবিরকই।

শান্তি—ফুরিং, খোংগ্রাও, তুবী লৈবীরকই।

বিনিতা নঙদি পামত্রা?

শান্তি—পামদে ঐদি য়ুমমুক চাওবা মিথাই য়াম্না ফজবা লাইধী অমাগা পামই।

বিনিতা— অদুদি ঐ লৈবীরগেদনা।

শান্তি—তল্লি ককানা লৈবীনি হায়।

বিনিতা - করম কান্দা?

শান্তি—তলপ চারগা মথং চৎপদা লৈবীনি হায়।

বিনিতা - অদুদি য়াম্না রাংলিপোংনিনা।

শান্তি—রান্তে কৈস্নু হয়েংগী মথংদনি।

ময়ামসি শান্তিনা ঙাংথোরকপা পুন্নমক্তো তারগা নোক-নিংবনা থাংবা ঙমদ্রদুনা হুম হুম থিক-থিক নোকলি। তাঞ্জাসিদা গাড়ী মথোল অমা তাই শান্তি মপাল্লোমদা চেপ্পোকখি।

শান্তি - মামী, মামী লাকলে ঐগী অচাপোং পীবীরো অচাপোং লামমেবা।

মামা পুর্নিমানা হায়রই—

পুর্নিমা নঙ ববাদা পীরমলে পুরকলনি গেটতা মমান্নবা অমগা রারী শাহৌরিবনি।

পুর্নিমা থোং হাংদোকতুনা চংলকই বিনিতাথোয় ফমলিবদো উবদা পুর্নিমানা হায়রকই।

পুর্নিমা—বিনিতা নখোয় লাকপা কয়াম কুইরে মখোয় অতৈগি কদায় কদায়দগীনো ?

বিনিতা দদা ইন্দ্রাখোয়গী Class mate নি।

পুর্নিমা—নখোয়বু চাগা থক্লব্রা ? ইবুংঙোদি কদায় চংগ্রে।

বিনিতা—চাক চান্নবা চংখিমানে।

পুর্নিমা—হৌজিক ফাওবা হলক্লিব্রনে।

বিনিতা ইনম্মা ঐখোয় চংলগে ফনা কুইরে ফমলিসে।

পুর্নিমা—ইবেম্মা নঙস্থ হন্দক বিঃ এঃ অরোইবা নব্রা ?

বিনিতা—ঐনা অহানবা চহিন কলেজবুদি দদাখোয়গা পুনবা পুর্নিমা থেংলেনে মসি অঙাংংস হৌজিক ফাওববু চাক চান্নবা হলক্কবসিবো ইরাংনগা ফত্তবনে।

বিনিতা ইন্দোমচাখোয়, শান্তিদি ইমুংদা লৈগ্রমানে থেংলে চংলগে কোম্না উনবা হায়বত্নি।

বিনিতানা হায়বা ব্রাহৈশিংদো তারগা বীজেন্তি ইমুংদগী থোরক্লুনা অস্থন্না হায়রকই।

বীজেন্তি—ইবেম্মা নখোয়বু চংলগে হায়ব্রা, নম্মাগা রারী ব্রাভাই শারব্রা ?

বিনিতা হোয় ইন্দোমচা ঐখোয় অমুক চংলগে।

বীজেন্তি- ফরে ফরে য়োরোকো ঐখোয় লৈহৌরগে।

মথংগী নুমিৎনি সিনেমা প্রোগ্রাম চংনবগীদমক ইন্দ্রা মফি মরোল নালনা শেক্লুনা সুসিলহোইদা লাকই।

ইন্দ্রা—ইতাও তুমিল হৌদাংহৌবু কদায় চৎখ্রে।

সুসিলগী মমানা—ইবুংঙো ইন্দ্রা কদায় চৎকদোয়নো ?

নঙগী নত্তাওদি অদা য়াখোংদা স্না থীরিবনি।

ইন্দ্রা – করিনো ইতাও ঙন্না লোয়শিলমগদ্রা হায়রগা পুংদি মাপল মথায় হেনখ্রে।

সুসিল – ইতাও মী লৈতবনিনা কোমসে খরা তৌরমদ্রবদি মাল থনমদায়দা মুঙাইতেনে।

ইন্দ্রা – হোরেল হলকল্লগা ইবানি তৌমিন্নসি লাকওসে থেংখ্রে। মেনকাখোয়দি পুং তরা ফাওবা লাক্লবত্তুদা শাওনিংবনা মনা পায়বা য়াদ্রে —। প্রভানা হায়রকই খঙনি লাকখিসনু ঙসিদি মনা লৈগে নঙগী ইন্দ্রাদো ঙরাংসু ময়ুমদা মুংদাং-রাইরম ফাওবা লাক্কে।

মেনকা—অত্তুদি ঐনা হায়বশিংদো অমত্তা হায়রমদ্রব্রা ?

প্রভা – থেংদি থেংনদে করম হায়না হায়গদৌরিবা।

মেনকা—বিনিতাদা কোক হায়রম্বা য়াদ্রা।

প্রভা—ইবেম্মা মশা মশাদা হায়বনা ফগদ্রা হায়ত্তুনা হায়রমদবনি। অসুম্না মেনকা অমদি প্রভা মুরুং, মুরুং শোন্নরিঙৈদা ইন্দ্রখোয় য়ৌরক্লে।

প্রভানা – করি তৌরবগে শকহেনবশা হৌজিক্তা য়ৌরক্লিব-সিবো।

সুসিল – শি থোকনি হায়দনা ঐনা ঙশাইদগী লোইশন্দুনা ঙাইবনি ইতাও ইন্দ্রসিনা মরোল অমা তপ্পনে।

মেনকা—ঙরাংস্থ্ বিনিতা প্রভাখোয়না ময়ুমদা মুংদারাইরম ফাওবা ঙাইবনি থেংনদে হায়।

সুসিল—খংদে, খংদে ঐখোয়দি খঙজদে ইবেম্মা অশেং, অশেংবা হায়নহৌকো।

ইন্দ্র—করিনো নখোয়না ঙাংনরিসিবো ঐবু জ্ঞান অমা তদ্রে "টিকেটপু ককলব্রা"।

প্রভা—ঙশাইনা কক্তুনা ঙাইরিবনি।

ইন্দ্রা—ফরে চঙলসি লাকও।

হোল মন্নুংনি সেনিমা য়েংলি হায়বা কাওব্রে মখোয়নি খক্তগী ওইবা রারীদা ইন্দ্রা ফম্বা তনশল্লক্লে। মরক মরক্তা মেনকনা হায়রকই সুনিল, সেনিমা হুঙাইব্রা? সুসিলস্থ্ ঙাংবা লেপতে লৈতোল শরু পান্দবা মরৈহুনা খং, খংতুনা উরু, উরু লৈহুনা ঙাংনিংবমথৈ ঙাংজৈ মেনকাগী পাউখুম শংজদে।

মেনকা—অসিগী ঈশৈ "জু, জু, জসোদকা নন্দলালা ব্রজগা উজলা' হায়বসিদা শকব্রে ঐখোয় ইবুংদো।

ইন্দ্রা—নখোয় ইবুংঙোহুবু কয়াম চাওরগেনে?

মেনকা—নঙোন্দগীবু হেন্দৌরে।

ইন্দ্রা—ঐখোয়দি হনুরাবসিবো।

মেনকা—অহুদি ইপু কোগে।

ইন্দ্রা—অহুদি ঐস্থ ইবেন কৌগে হন্দক্কী মতাংসিদদি প্রভা, সুসিল পুন্না হা-হা হিক, হিক হায়না নোকমিন্নরকই।

মেনাকা—সেনিমাস্থ লোয়গদোরে কৈদৌঙৈ অমুক উনগনি।

ইন্দ্রা— অশংবা মতমদা অহুম উনসি ঐ লাক্কে ঐনা লাকপগা নঙ হেক্তা থোরক্কদবনি।

মেনাকা—নঙ লাকই তাবদা হেক্তা পায়থোরকপা তারে।

ইন্দ্রা - অহুগী রা নত্তে ইবেম্মা করিগুম্বা ঐনা লাকপদো অথুবা ওইরম্বা য়াই খঙব্রা ? নঙদি ঐনা ঙাইহুনা স্থম লৈবা পুং ১ হেল্লবা ফাওবা থোরক্তে।

নেনাকা - নোংমাথক্কী ওইরিনিদা।

ইন্দ্রা—নত্তে লাকপা খুদিংগীনি।

সেনিমাস্থ লোয়খ্রে মখোয় পুন্না তুংদা মাংদা থোকমিন্নরকই।

ইন্দ্রা—করিগুম্বা উনবা নত্রগা কায়নখিবা তারগদি ঙসি য়েংমিন্নরিবা যঞ্জোগ ফিলমসে কাওনগুমসিকো।

অস্থন্না মখোয় ৱারী শানা, শানহুনা লাকমিনৈ হো:তেল চংহুনা অচা অথক থরা চামিন্নরবা মতুংদা কায়নখ্রে।

নোংমা Exam. লোয়বা মতুংনি ইন্দ্রা, মেনাকাগী মনাক্তা লাকই —।

ইন্দ্রা—ইবেম্মা ইনাকখুনবী ঐহাক তাং ১৭ তা শানবা চংক্কদোরে শেল থরা মতেং পাংবীয়ুদনা।

মেনাকা—হন্দক্তি শেল অমতা লৈত্রে নহালমুক পাংবহুস্থ স্না থমলগা পাংথিবনি।

ইন্দ্রা - ওস্থোক্না ইকাইজখ্রেদা লমদমসিগী ইনাখুনবদা হায়নরিবনি নখোয় ইমুংসে।

মেনাকা হন্দক খরা ৱাবননি।
ইন্দ্রা— ফ:ৱে ঐ চৎলগে কোন্না লাক্কে ...। অসি হায়রমলগা ইন্দ্রা
ময়ুমলোমদা চৎথ্রে।
ইন্দ্রা—শানবা চৎনবগীদমক শেল কোয়থী থিজৈ মমান্নবা কয়াগী
পুজে। মরকসিদা মেনাকাবু অক্তমুং উনগে খন্না খন্না শেলগী
মৈশানা মেনাকাবু উনবগী মতম ফংখিদে। মেনাকাদি ইন্দ্রা
লাক্কদ্রা ঙাইজবনি অতুবু ইন্দ্রাদি লাকপা কৌবা লৈখিদে।
উনবা ফংহৌদবা ইন্দ্রা মীরমদা শানবা চৎথ্রে তাবদা মেনাকা
লোন্না লোন্না কপচখি।

শোমদদি ইন্দ্রানা চৎংবা মতুংদা স্কুমিং মডা, তককনি লৈরগা পরিক্ষা হায়দোক্লে। মেনাকাদি পরিক্ষা যাওরক্রে ইন্দ্রাদি পাস তৌরে। মীরমদা তম্বা চৎহনবগীদমক মহাম্বনা ইয়ুনিভরসিটিদগী Migration নচিংবা লৌথোক্তুনা থম্বীরি।

অতুগা অমরোমদা ইন্দ্রাগী মশা ঙমলক্কবনা হন্দক্কী Tournament সে যাওরবোই হায়না খল্লে অতুবু, মীনুংশি খংদ্রবা Indian representative team coach Balbir না Tournament থোক্তবা য়ারোই হায়তুনা নমহুনা যাওহল্লি। মীওইবগী সমাজদা ফিরালনা মমায় চুমলক্তবা মতমদা কনাগীবু মকুপ ৮ পাং লৈগনি। ইন্দ্রাগী হকচাং ফিভমগী অরাবা কনানসু খংবীদে স্থপ্নগী কুম্মে য়েংবতা পাম্বা সমাজগী মীওইশিংনি—। ইন্দ্রা অসুম্না মশা ঙমবোই ঙবদবোই তুরনামেন্ত শানবা থোকখ্রে। উচিন নাচিন ইন্দ্রা ফাইনেল ফাওবা য়ান্না ৱানা শানজৈ ঈশ্বর মহারুদি পুকচেল শেংজবা ইন্দ্রাগী অরাববুদি উবী। স্থপ্নগী পোইন্ট অ:খক্তা

হেন্দুনা ইন্দ্রানা মহাক্কী category দা winner ওইরে। Arena দগী থোরকপা ফাওবা য়াম্না রানা তুরোই ঙামলোই থোকচরকই মমান্নবা অমনা কোনশনবীহুনা শেবা তৌবী খঙহৌদনা খুবাক্কুনা মচিনবু খুমজহুনা লোক খুই।

খুবাক্তুদা ঈ মতুম মতুম পকপা উখি—ইন্দ্রানা হায়রকই —।
ইন্দ্রা—মরুপ ঐগী heart সে কায়রব্রা খঙদে ঐ য়াম্না রারে, খুৎসিদা ঈস্থ পক্লে।

ইন্দ্রাগী রাহৈসে তাবদা মমান্নবহুনা হায়রকই কনাগুম্বা শকখংদবা নঙবু ঙসি থাপলবা মীরমদগী মফমসিদা শানবা লাক্কুনা ঐগা উন-জবা ঐগী মরুপ ওইজবা ঐগী লাইবক য়াম্না ফবনি নঙগী হকচাংগী ফিভমসিদি ঐহাক খঙবা ঙমদ্রে মরুপ ঐহাক নঙবু লাইয়েংনবা শেলগী মতেং পাংজগে।

অস্থুম্না মমান্নবহুনা মনাক নকপা প্রাইভেৎ হোসপিতাল অমদা ফজনা পুশনবীহুনা লায়েংবীখি। ফরবা মতুংদা ইন্দ্রা ময়ুমদা হল্লকখি। ইন্দ্রা থিন্দনা মেনাকা উনবা লাকই। মেনাকাস্থু হান্নদগী খরা ঙনখংনা থোরকই —।
ইন্দ্রা—কমদৌরি নুঙাইরিব্রা ?
মেনাকা – করিদি হায়রুনি ইশ্বরনা খংবীগনি।
ইন্দ্রা-মেনাকা নঙসে ওস্থোক্লা কোচি কোৎথ্রে ঐদি রাবনা লোয়রে।
মেনাকা—চংনিংবতা চৎ, তৌনিংবতা তৌহুনা হিংস্লিবা পুন্সিহুবু করিদা রারিবা ?
ইন্দ্রা—ঐ রা য়াম্না ঙাংবা হৈনদ্রে হন্দক্তি হকচাংসে ফিবম অমা তৌরে।

মেনাকা—মশা নউ শাবান অতুক ফজরিবা অউবা মুপী খুদিংনা মি-তানরিবা নঙগী হকচাংগী ফিভমনি সিদবু করিদা শোয়রিবা ?

ইন্দ্রা—ঐহাক শান্নবা তোক্লনি।

মেনাকা—ঐদি নহান্না তোক্লো হায়জরিবতুনি অতুগী মহুত্তা থবক মচা ১ তৌতুনা ইমাগী মতেং পাংতুনা লৈবনা ফৈ হায়জদ্রা ?

ইন্দ্রা—ঐহাক M A তমথখিগে অতুগা কোন্না থবক থিরগে।

মেনাকা—ঐহাক্না করি হায়গনি ফরে তমল্লরো নহাক্কী MA লোয়-ফাওবদি ঙায়জরমগে।

ইন্দ্র—হকচাংসু হন্দক্তি শান্নফমদা ঈ খরা ওগ্রে।

মেনাকা—হোসপিতালদা যজনা য়েংথোক্ত্রা ?

ইন্দ্রা—Jammu & Kashmir দগী শান্নবা লাকপা ইমান্নবা অমা থংনজতুনা মহাক্না ঐবু শেলগী মতেং পাংতুনা ফজনা লায়েংবীরবা মতুংদা ঐহাক য়ুমদা হঞ্জরল্লিবনি।

মেনাকা—মহাক ধর্ম্ম য়াম্না লৈবা মীনি অফবা মী হায়বতুনি ঈশ্বরনা থৌজানবীসন্নু।

ইন্দ্রা—পুন্সিদা অতানবা থেংনবস্নু ওইরে মহাক্না কয়াদা মুংশিনা ঐবু সেবা তৌবীবা। মহাক্কী তৌবীমল পুন্সিচুপ্পা লমন ওইনা তোনশিল্লে।

মেনাকা—মহাক্কী মমিংবু ?

ইন্দ্রা—মহেস মরম্মা কৌই।

মেনাকা—ইন্দ্রা নঙ ঐবু ব্বারৌগন্নু তশেংনা ঐহাক মতমদো শেল য়াম্না চিনবননি।

ইন্দ্রা—করিস্থ খন্দদা ক্ষরে ঐ চৎলগে।

মেনাকা—সুম লৈহৌবা তারেদনা অদুবু M A লোইবগা।

ইন্দ্রা—ইবেম্মা নঙদা লেঙদনা লৈরমউ।

ইন্দ্রা রাখল খন্না খন্না ময়ুম য়োরক্লে। মুমিৎ হুমনিগী মতুং-দনি ইন্দ্রানা খল্লি মেদামদা টেলিগ্রাম অমদি তৌখিবনা ক্ষগনি হায়না। ডাইরি ফাক্তোক্তুনা সুসমিতাগী address য়েংলগা tele-gram office তান্না লাক্তুনা সুসমিতাদা মহাক লাক্লনি হায়না খঙহনখ্রে।

ঙসি ইন্দ্রা Delhi চৎকদবা নুমিৎনি। মমা বীজেন্তি ঙন্তা হৌগৎচহুনা ইরু মাইথজরবা মতুংদা ধুপ থাউমৈ থাহুনা ঈশ্বর খুরুমই অসিগুম্বা তাঙ্গাসিদা মমা বীজেন্তিদি লৈখিদ্রবা মপুরোইববু নীং-শিংজহুনা মীৎলুদা পিরাং মরিক মরিক শিন্থরকই তাঙ্গাসিদা সুসিল অমদি মমা অমস্থং মচন মুপী পুহুনা চংলকই।

বীজেন্তি ইচা সুসিলদি ঙনতা লোইশন্দুনা লাকলেদনা।

সুসিল—উম ইমা।

বীজেন্তি—ইচেস্থ লাক্লিদনা ফমসি, ইবেম্মা বিনিতা ফমউ ফিদা শোমদা। ইহে সুসিল নতাওদো মফি হাপচিনবা লোইরভ্রা?

সুসিলদি ইন্দ্রাগী মমানা হাইরক্লিবদো তাদে ইন্দ্রাগা রারি কুপ্পা শান্নরি।

ইন্দ্রা—ইতাও নঙদি করি করি পুরক্লে?

সুসিল—করি পুরকউনেগে প্রভাগী ফোটো পুরকই।

ইন্দ্রা—নঙবু শেল কয়াম পুরকপগে?

সুসিল—পাবুংসু ছুটি থোরক্তবনিনা শেল য়াম্না পুৱ্রে।
ইন্দ্রা পাবুংবু কদাইদা লৈরিবগে ?
সুসিল—Srilanka দা লৈরি।

ময়াম্বা রাজেসনা ভান অমা পুতুনা লাকই।
মতৈমনা হায়রকই—ইবুংঙো নংখোয়বু লোয়ড্রিব্রা ?
সুসিল—লোযরে ইতৈমা । সুসিল পোৎ মথং মথং পুথোরকুনা হাংচল্লি ইন্দ্রা য়ুমগী শ্রামহি অমস্তং কমদমহুবু কৌল্লিবা লাইরেমবী মথং, মথং খুবমলি।

বিনিতা তপ্পা, তপ্পা চঙশলতুনা ইন্দ্রাদা রা অমা হায়জে।
ইন্দ্রা—কবিনো ?
বিনিতা সে—ইচে মেনাকানা পীরকপনি।

মমা বীজেন্তিদি মচানা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখিনি খল্লবদা অরৎপা লৈতনা পীরাং মরিক, মরিক শিন্তজরহুনা মাঙ্গাল মচিদা পীকলিবী মগুন্নুপী শান্তি, বিনিতাগী মমাগা মখোয় অহুম লেপলি। ইন্দ্রা বিনিতা অমদি মতৈমা ইমুংদগী তপ্পা তপ্পা থোকমিন্নরকই। মমা বীজেন্তি মীৎলুগী পীরাংদো মচা ইন্দ্রা উখিনি মতাগুম উদনবা হায়হুনা ফিজিনা সোম্না লোম্না তৈথোকচৈ।

ইন্দ্রা—ইমা কপলিব্রা ? কবিগী অহুম্না কপলিবনো ? ঐখোয়না চৎলিবসে ইমাখোয়বু মুংশিদহুনা চৎপা নৎচদে ইহৈ তম্বা চংলিবনি, "য়াইফা মঙ্গল" পীনবীযুনে।
ইন্দ্রা শান্তিদা ওনশন্দুনা হায়রকই।
ইন্দ্রা -শান্তি করি লৈরকউ হায়বা ?

শান্তি—য়ুমমুক চাওবা মিথাইদো।

ইন্দ্রা নোংফেং তৌনা লাকুনা ভান্দা কাখৎলে। মমাংদনী ময়াম্বা রাজেস অমদি Driver তোংলি তুংদনা ইন্দ্রা, সুসিল ফম্লি দাইভরনা গারী খোন্না হৌরকই, অরোয়বা ওইনা ইন্দ্রা সুসিল অনিমক তপ্না, তপ্না মমায় লৈথোরকুনা য়েংলকই—গেট ময়াতুন্দা খোংফম হোংদবমথে মকোক খুমত্নুনা লেপহৌরবী মমা অনি মতৌম অমদি পীক্লিবী শান্তি অমমুং বিনিতানা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা Bye-Bye হায়রি।

মমা অনিমক্কী থম্মোয়দা ফাওখি "মীকুপতুদা ওইরব্রা মমা মচা উনবগী অরোইবা হায়বদো"। অমুম্না ঙতাক লৈমীনরমলবা মতুংদা বিনিংশা মমা মচাশু ময়ুমলোমদা অমুক হনর্গ্রে।

Bus তা পোংচৈ হাপচন্দুনা ইন্দ্রা অমদি সুসিল ফমলি। মতম য়ৌরকলহ্না বসশু থোংদোরক্লে ময়াম্বা রাজেস মনাওশিংনা চংখিগদবদো শোরোক্কী মতাইদা লেপতুনা য়েংলগা লৈহৌই—ঙহাক্তুংহুদি ইন্দ্রা সুসিল অনিমক য়ুমগী রাখল খল্লি" মমাখোয় ময় ম্বহবু মথুং মথং নিংশিজে। অমুম্না লাকপনা মখোয় Guwahati য়ৌরকলতুনা ত্রেন তোংতুনা দেল্লি তম্না লাক্লে।

Journey মতুংনি সুসিল প্রভাগী ফোটো য়েংলি—

ইন্দ্রানা হংলকই।

ইন্দ্রা – ইতাও নঙগীদি প্রভানা চিঠি পীরক্রা ?

সুসিল—ঙরাং ফোটো শিগা চিঠি অমগা পীরকপনি।

ইন্দ্রা—চিঠিদি য়াওরকপ্রা ?

সুসিল—ঐনা ঙরাং মুংদাং পারগা মোন মথাদা থম্বনি কাওরমলে ইতাও।

ইন্দ্রা—ঐগী চিঠি অমদি বিনিতাদা পীরকই।

সুসিল—পারব্রা ?

ইন্দ্রা—পাদ্রি।

সুসিল—পাথোকলোদনা তারসি।

ইন্দ্রা—খংদে করি করিবু ইরিগবা পারক্কে তাওকো।

ইন্দ্রা চিঠি ফাকতোরকই চিঠিগী রারোলদি অমুম্না ইরম্মী ..

চংলোকো মুংশিবা ঐগী থরায়,
নহাক্কী মুংশি শক্তমবু লাৎচহৌরগে
থম্মোয়মুংদা লোম্না লোম্না থমজগে .. ।

মুংশিবা করিগী কাইহনবীরি নঙনা
ঐগী থম্মোয়বু মচেৎ তানা
মুংশিজরুবগী মহৈবু পীরাংসিনা ইশরুকলা ।

ফোংবা ঙমদ্রবা পাউথোংনি,
পাম্মুব্রা নহাক্কী মোমোন মীনোক্কো,
ঐগীদি থরায়নি মুংশিরুবা মপোকসিমগী ... ।

বসন্তগী লৈকোন্দা,
মপাং কায়নরবা চেক্লানা,
পঞ্চম সুরদা খোংবগুম

থমজহৌরগে পাউখোংসে,
মুংশি নম্মুংলাংগীদমক,— ॥
ঐগী মীংলু পীরাংসে,
অর্থ নাইবা মরিকনি
তুরেলগী লাইজগুম,
মিংপাল অনিনা তোবব'ল ওই
অরংপা লৈতনা শিঙ্গজরি ॥

নিঙ্খাইরবা তোর্বান্দা লেপচরগা
কাইনবগী ঈশৈ শকচত্না
নঙগী য়াইফা মঙ্গালতবু নিজত্না
ঙাইজরমগে নঙাক্তবু
বসন্তা লৈকোনসিদা ॥

চিঠি পাবা লোয়বগা সুসিলনা হায়রকই মরুপ নখোয়় মেনাকাসে চিঠি ইবা য়াম্না হৈ ঐগীদি ফাগী ফরাংতা হেক্তা ইরকই।
ইন্দ্রা—করম্না ইরকইবা ?
সুসিল তাওকো হায়রক্কে—ঙরাংগী চিঠিত্তুগী মরোলনি।

চংলগদ্রনে হে তুমিন হৌদোং ? নহাল মখৈদি হাওবা হাওতবা মনিপুরগী চেং, হরায়, ঙারি ঙাতাই, য়োংচাক, থাংজিং, সোইবুম, হরায় চার চাবদো পেল্লত্না দিল্লীদা চত্না ঘী, থাও, থুম অথুমঅহাও চাবা চংলগে হায়বা নত্রা ? তুমিন হৌদোং অহুঙৈগী গনজা বোরাদো কাওজন্থ দিল্লিগী হেরোইশিংদি গনজা

বোৱাদগী হেনবা চনপ্পী থাও তৈৰগা মশক ফজা ফজবা হেৱো কয়া ফাই হায়নৈ।

করিগুম্বা নঙস্থ চনপ্পী থাওদা নপগ্রবদি ঐদি কনাদা অমুক গনজা বোৱা পীজগনি—অসিনি মৰুপ মানা ঙৱাং ইৱকপা ৱাহৈ-দো। ইন্দ্ৰা নোকই, স্থসিলস্থ ইন্দ্ৰাগী মতৌত্থদা নোকনিংলত্থনা হায়ৰকই।

স্থসিল—অসিনি মৰুপ ঐখোয়দি নোক্পা স্থংশিনবা হায়বদো।

ইন্দ্ৰা—চুমই মৰুপ মীওইবা মপোকনি লোয়নমক শিখিগদবা ঙাক্তনি অহাল অকোলগী ৱানি।

স্থসিল—মৰুপ অৱাবতা খন্দুনা কৰি কান্নগনি মফম মতমগী মতুং-ইন্না ৱাখল খনবনা ফত্ৰনে ?

ইন্দ্ৰা—মীওইবা মখল য়ামই, মা, মাগী অনিংবা অপাম্ববু কনানা থুগায়বা ঙম্বগে ?

স্থসিল—ঈশ্বব নিংউ ঈশ্বৰ মহাক্তি পুন্নমক্কী মপুনি মৰুপ।

ইন্দ্ৰা—মৰুপ দিল্লী য়োবক্লে মেডামত্থবু ঙাইবিবজাৎলা ?

স্থসিল—মেডাম হায়বদি।

ইন্দ্ৰা—ঐনা হায়বা দিল্লীদা শানবা, চৎপদা খংনৱকই হায়বদো।

স্থসিল—ও নিংশিংলক্লে স্থসিল, ইন্দ্ৰা ত্ৰেনদগী কুমথবক্তনা পোংচৈ পুত্থনা থোবকই, ... ইন্দ্ৰা মাইগৈ মবিদা কোইবৈ লৈত্থনা স্থসমিতাবু উত্ৰা য়েংই। উবা ফংদ্ৰবদগী তেকসি অমা ফাত্থনা স্থসমিতাগী যুম তান্না লাক্লে ... স্থসমিতাস্থ ইন্দ্ৰা যৌবক্লনি খনজত্থনা ষ্টেসন্দা ইন্দ্ৰাখোয়বু ঙাইবা চৎথ্রি ..

তেকসিদো সুসমিতাগী গেটতা থামলে ইন্দ্রা, সুসিল পোং চৈ লৌথদুনা গেট হাংদোক্লুনা চঙলকই। মাঙ্গোলদস্তু মী অমত্তা উদে ইন্দ্রা সুসিল কোয়লৈ লৈদুনা য়েংই — ইন্দ্রানা কোলিং বেল নমদুনা মী কৌথোকই। য়ুম শংলিবী অনজলি থোরকই অদুগা হায়রকই।

'হিন্দি লোন্দা'

অনজলি—করি থবককী কনা উনবীগদবনো ?

ইন্দ্রা—ঐহাক ইন্দ্রানে মেডামবু লৈতব্রা ?

অনজলি—ও কাওথোকল্লুরে মেডামনস্তু ঙশাইতা হায়রম্বনি।

ইন্দ্রা—মেডামবু কদায় চৎখিবগে ?

অনজলি—ইয়ুনিভরসিটিদা চৎখিব্রা খঙদে কাখৎপীরকউ ফমসে।

ইন্দ্রা—ইতাও কাখৎসি মেডাম উনখিসি।

সুসমিতা ত্রেন ষ্টেসনদা ইন্দ্রাবু ঙাইবনি অদুবু থেংনদ্রদুনা ইয়ুনিভরসিটিদা চৎলুরগা হল্লকপদদি ইন্দ্রাখোয় ময়ুমদা ফমদুনা লৈরম্বা উরে।

মতম কুইনা উরুদ্রবা ইন্দ্রাগী মায়থোংদো উবদা সুসমিতাদি নাওরিনা পাল্লবা উচেককুম থম্মোয়মুংদা তিং তিং লাওই— সুসমিতা চংলকই,—ইন্দ্রাগী মোমোন তৌবা মায়থোং উবদা হুরাওজরদুনা সুসমিতা নোকফেৎ তৌজৈ সুসমিতানা হংলকই, ( হিন্দি লোন্দনি )

সুসমিতা—মহাক্কী মমিংনা করি কৌবা ?

ইন্দ্রা—সুসিল কৌই ঐগী ক্লাস অমত্তুদা তমীন্নবা ই মান্নবনি।

সুসমিতা— সবজেকতি ?
ইন্দ্রা—ঐখোয়নি চপ মান্নরে।
সুসমিতা এদমিসন লোইরবা মতুংদদি হোসতেল লৈগে হায়ব্রা ?
ইন্দ্রা—খুদোং চাগদবা য়েংগে।
সুসমিতা—চাক-ঈশিং চারব্রা ?
ইন্দ্রা—কুইরে মেডাম ঐখোয় য়োরকপা ঙশাইনা চাজরে।
সুসমিতা—ফরে ইন্দ্রা থংনবা কাসিদা সুসিলগা পোথামিন্নরুরো।

সুসমিতাসু মাগী কাদা চঙহুনা চাবা য়াবা চাক ঈশিং চারগা মাগী ফমুংদা হিপথহুনা ঙহাক্তং পোথাজৈ।

অসুম্না লৈরকপনা ইন্দ্রা সুসিল থা অমা ফারক্লে সুসমিতানা **Admission** পুন্নমক তৌবিরে **Hostel** দা লৈনবসু শিনবীরে।

ইন্দ্রাখোয় **Delhi University** দা **M A Previous** তমজবা ফংলে। ইন্দ্রাখোয়না **Hostel** দা লৈখিবদগী সুসমিতাগী ইমুংদো ইটিক চিকপগুম তৌই। অমুকসু মুংঙাইতে রাখলদা অসুম্না খল্লি ইন্দ্রাখোয়বু মাগী মযুমদা কৌশন্দুনা থমলসিরা ? মমান্নবা মমান্নবী **Professor** শিংগী মনাংদা অমুক ইকাইজে। করম্না পাখং মচাশিংবু থমগনি মহাক য়ুম পাল্লবীসু নত্রি।

নোংমা থেংলগা অহীংগী দশ্যনি। থাবলগী ফজববা মঙালনা থোংনাওদা লিংশনল্লত্তুনা করিগী কথি সুসমিতা হায়না পুন্নিং হুরবা থাবলগী মঙালহুনা থেম্বীরি। থাবলগী মঙালদা মৈশা লাংলবী সুসমিতা কাদগী থোং হাংদোক্লুনা মখোংদো লৈকোন তম্না থাংদোরকই।

অতুগা গুলাপ পাম্বী মখোঙদা ফমজৈ। মলয়া হুংশিং নামিবন্থ তপ্প তপ্পা শিংলকই তাঙ্গাসিদা অথাম্বদা তারিবা রেলগী মখোললনা ইন্দ্রাবু লাপ্পবা লমদমদগী পুবীরক্তুনা যনাক্তা লেংদনা লৈহনবীরিবগুম নিংজৈ। থম্মোইমুংদস্থ অস্থুম্না হংজরি ইন্দ্রাসিম্বু ঐগী কনানো? মাবু ঐগা করি মরি লৈনহনা ঐনা মাবু অম্বুক হুংশিজরিবা? করম্বা মতমদা ঐনা মঙোন্দা হুংশিজৈ হায়না ফোংদোক্কনি। অম্থুম্না থনজবগা লোয়ননা অমুকস্থু থোক্লিবা থাজদা রাকংচরি,— হুপী ওইগী ঐখে যগী মপোকসে ওম্বোক্সম্থ তোল্লিদকে সমাজগী চংনবীসিনা পুমপুন হেক পুনশিনবীরে ইনীং তম্না চংচবস্থ ঙমজদা পুক্কীংগী অপাম্বস্থ হায়দোকচবা ঙমজদ্রবা মপোকনিকো। অম্থুম্না খল্লিডৈদা নোংঙাল্লমদাই মতম ওইরমলে, চিক্লবা মতমসিদা লৈচিলস্থু অতিয়াদা মনীং তম্না পাইজবা ঙমদ্রহনা পীক্লবা ঈশিংগী ইরিক মচা মচা ওইনা মালেমদা তপ তপ তারক্লবদা ইংগল্লক্লহনা স্থুসমিতা ফমলম্বদগী হৌগংলক্তুনা মহাক্কী কা তম্না লাক্লহনা calmpose গী গুলি অমা চারগা তুমথক্রে X X X।

ইন্দ্রাস্থু হায়ফম খংদে মশাসে মরক মরক্তা অনাবা অমদি হৌই লাইওংস্থু খঙদে। অতুগা মরক মরক্তুস্থ মেনাকাদা চীঠি ইহনা থাজৈ অহবু postman না পীবীদ্রব্রা খঙদে। মেনাকানা থারকপা চীঠি থুদিংমক্তা চিঠি থারক্লিবা করীগীনো হায়না তোয়না হংলকই।

অহানবা চহীগী Exam পীগ্রবা মতুংদা ইন্দ্রাদি MA লোয়দ্রিফাওবা মমুমদা থোক্লরোই হায়না তোসতেলদা অতুম লৈহৌরে। অতুগা স্থুসিলদি মনিপুরদা থোরকখি। স্থুশিলনা মমুম মোরবা

মতুংদা মোংমা প্ৰভা উনবা চৎলুবদা মেনাকাসু থেংনহুনা ৱাবা ৱাতাই কয়ামুক শান্নখি। সুসিলনা ফাগী তৌবহুনা মেনাকাগী মওং য়েংগে হায়হুনা অশেম্বা ৱাহৈ কয়ামা হায়জল্লি।

সুসিল—ইতাও ইন্দ্ৰাদি পৰিক্ষা লোয়বকাওবা থোকসি য়াহৌদে।

মেনকা—কৰিগী মাবু কৈদৌহৌৰিগে ?

সুসিল—অহুবুৱো ঐখোয়গী University দুগী মেডাম অমনা ফাহুনা লৈববনি।

মেনকা—অওইবগীরনে ?

সুসিল—অওইবগী নত্ৰবদি, মখোব অনি শম্মীগ্নবা ফোটোসে য়েং-জোনে।

মেনকা ফোটোদো য়েংলগা যাম্না শাংনা লংথাবকই।

মেনাকা—য়েংভনিদে অসিহম্বা ফেটোসে মহাক্কী থম্মোইহসু ওম্মোৱা তৌবা উনৱেদা।

সুসিল—নহাক্না হায়ৱো অশেং অশেংবা হ রনডৌ হায়না।

মেনাকা—ঐগীসু অৱাৎপা লৈতে ইমাখোগনা হায়নহুনা লৈবা লুপা অমনা ঐবু লুহোংসসি কন্না ত গশিল্লিবনি।

সুসিল—অহুদি কোক হোংদোকখিবা য়াদ্ৰা ?

মেনাকা—পীক্লিডৌংগী লুংশিনজবকপনী খন্দুনা মাগী MA ওম্বা লোয়কাওবা ডাইনসি হায়নখিবহুদা নৌবগী ৱানিদা।

সুসিল—লুংশি ৱাশক চেৎপী ইবেম্মা নঙগী নতৌ য়েংগ তৌবনি।

মেনাকা—অহুগা মহাক কৰিগী থোবক্লিবনো ?

সুসিল—MA লোয়বগা থোবকনি হাযহৌই।

মেনাকা অহুবু ওইরবদি কবে চিঠীকা অমগা পীবক্রুং ?

সুসিল —পীরক্কে নহান্দা থাখিবদা ঙাইরি হায়।
মেনাকা—চিঠিদি সুকয়ৌ য়ৌরক্কে।
সুসিল—ফজনা লৈজৌ ইতাও থোরকপগা লুহোংগনি হায়বনি।
মেনাকা—নঙদি কয়াম কুইনা লৈরগা চংগনি।
সুসিল—য়াম্না থুনা চংলগনি।

মুমিংসিমদি সুসিল প্রভাগী মফমদা ৱারী শাবা ফংজদ্রে। অসুম্না থা অমা হেন্না য়ুমদা লৈত্রুনা মমাখোয়গী মতেং পাংজত্রুনা লৈরি।

শোমদনা ইন্দ্রা মথন্তা হোসটেলদা লৈহৌই। সুসমিতা মশা ঙমদনা লৈবা মুমিং মরি মঙানি শুরে। নোংমা ইন্দ্রা সুসমিতাগী য়ুমদা লাকই।

ইন্দ্রা—অনজলি মেডামবু কদায় চংখিবগে?
অনজলি—মেদামদি মশা ঙমদনা লৈবা মুমিং মঙানি শুরে।

ইন্দ্রা সুসমিতাগী কাদা তপ্না তপ্না চংলকই—

ইন্দ্রা—মেডাম হকচাং ঙমদে তাজরে করি লাইনানো?
সুসমিতা—খঙদেদা ইন্দ্রা করি হায়নবু হায়গদবনো।
ইন্দ্রা—চাবা থকপদি নিংথিনা চারিব্রা?
সুসমিতা—চাবা ইয়া য়াদে।
ইন্দ্রা—হোসপিতালদা চংসিরা?
সুসমিতা—ফরক্লবনিদা চক্রবস্থ য়ারনি।
ইন্দ্রা—অত্রুদি ঐ অমুক চৎচরগে।

সুসমিতা—ফমখো চা থকখিসি অত্থগা ইন্দ্রা নঙোম্দা রা অমা হায়গে।

ইন্দ্রা—করি তাকপীগদবনো ?

সুসমিতা—ঐবু হায়বসিরনে।

ইন্দ্রা—হায়বিরো করি তৌরগে ?

সুসমিতা—খঙদেদা ইন্দ্রা মিৎলুগী পিরাং মরিক মরিক্কী পাওখোংবু মোমোন নোক্লিবা থাজগী মাইথোংনা খংবীগদ্রনে ?

ইন্দ্রা—মেডামগী রাহৈসে অর্থ য়াম্না লৈ। মতম অমদা পাউথুম পীবা ঙম্লবা মতমদা পীজরগে।

অঞ্জলিনা চা পুথোরক্তুনা ইন্দ্রা, সুসমিতা চা থকমিন্নরি—

ইন্দ্রানা মখা তানা হংলকই।—

ইন্দ্রা—মেডাম ঐবু করিমত্তা খঙজদ্রে রারৌবীবদি য়াদে মেডামগী ইমা পাবুংবু ?

সুসমিতা—ইন্দ্রা লাইবক থিবা হায়বত্থনি ঐগী পাবুংদো ঐবু চাওননবা য়োকপীরকই। মহৈ মশিং তমহনবীত্থনা ঐবু দিল্লী য়ুনিভরসিটিসিদা প্রোফেসর অমা ওইহনবীরে।

নোংমা ইথং খঙহৌদনা দিল্লী তু হোং-কোং গী জরনিদা ইমা পাবুং পুন্না প্লেন Crash তা য়াওখি।

ইন্দ্রা—করি তৌবা হোং-কোং দা চৎলিবনো ?

সুসমিতা—পাবুংদো অচৌবা Bussiness তৌই মরক, মরক্তা অত্থম চৎপনি।

ইন্দ্র—মেডামগী রারীসে তাবদা য়াম্না নুঙাইজদে।

সুসমিতা—অসিনি ইন্দ্রা ইমা ইপা লৈত্রবা মতুংসিদা অনজলি
ইবানিতমক য়ুমসিদা লৈরিবনি।

ইন্দ্রা—মেডামবু য়ুম পানবীররোয়ব্রা ?

সুসমিতা—ঐনা নুংশিবা অপাম্বা মীশক অমাফাওবা থেংনদ্রি।

ইন্দ্রা—মেডাম চহিবু কয়া সুখিরগে ?

সুসমিতা—সে য়েংউ ডাইরিসে ঐগী পোকপগী শোকনি।

ইন্দ্রা—এ সিদি মেডামগা ঐগা ইহন হন্নব্রেনা।

সুসমিতা—কদায় নঙগীদি।

ইন্দ্রা—নোংমা য়েংহনগে ঙসিদি I card সু য়াওরক্রে।

অসুম্না ৱারী রাতাই কয়া শারহুনা ঙহাক ফমলমলবা মতুংদা ইন্দ্রাসু মহাক্কী হোসতেলদা হনখ্রে।

সুমিৎ খরনিগী মতুংদা সুসিলসু দিল্লীদা অমুক য়োরক্লে —। মেনাকানা পীরকপা চিঠি অমদি মমা, ময়াম্বনা হাপপীরকপা অচা অথকশিংদো থমজনজৈ।

সুসিল—ইতাও নঙদি হন্দক্কী য়োংচাক অনু ইরোনবদো চাবা ফংব্রেদনা

ইন্দ্রা—হেরা হোরেল চারগা লোয়রেদা।

সুসিল—নঙনা লোনবা নত্তেদা অনৌবী মখুৎতুনা লোনবহুবুনি।

ইন্দ্রা—হে তুমিন হৌদোং নঙদি লোয়না চারক্লম্লনি।

সুসিল—করিগী চাদনি নুংতিগী চাবনি।

ইন্দ্রা—করম্না ?

সুসিল—হন্দক্তি ঙাইবা ঙমদ্রে Advocate তো পুশল্লবনি।

ইন্দ্রা—হে নঙবু লুহোংলব্রনে ?

সুসিল---ইতাও শাওগনু য়াদহুনা হোংথ্রবনি।

ইন্দ্রা--ফরে ফরে অহুদি ফোটো য়েংগে ?

সুসিল—সিদা লৈরে।

ইন্দ্রা—এ অওইবগীনিনে অহুগা ঐঙোন্দসু হায়রক্কবা।

সুসিল—য়াম্না থুবনি চাক্কৌবা নোংঙানবগা চংলকপনি।

ইন্দ্রা—খরা তপ্না চংলকলবসু য়াবহুবু।

সুসিল—ইতাও য়ুমদা লৈরদি লাইব্রিক পাবসু য়াদে ফাইনেল পরিক্ষাগী খনবদা ৱারিবনে।

ইন্দ্রা—ফরে ঙসিদি শা থোংবা অমনে ইরানবা অমনে চাবা তারেদনা।

ইন্দ্রাখোয় চাক ঈশিং থোংহুনা ফজনা চামিন্নরে।

সুসিল- ইতাও মেনাকানবু করি ইরককেনে ?

ইন্দ্রা - সে য়েংউ মসি মুপীসে পুকচেল ইচুম চুমদে।

সুসিল—ইতাও হন্দক্কি শোয়দনা হোংলো নত্রবদি মম: মপাখোয়না হায়না শিংনবহুদা হোংখিগদবা মাল্লিবু।

ইন্দ্রা ইতাও পীশক পীকলিঙৈদগী মা ঐ মুংশিমীন্নরকপনি থাজনবা অমগী মখাদা হায়নরমলিবনি।

সুসিল—ইতাও মেডামদি কমদৌরি ?

ইন্দ্রা—মুঙাইরিমাল্লে উন্নখিদবসু খরা কুইরে।

সুসিল—হয়েংদি মেডামখোইদা চৎলুসি।

ইন্দ্রা—উম চৎলুসি।

ইন্দ্রা মমান্নবদগী গাড়ী মচা অমা রায়ত্নুনা সুসিলগা লোয়ননা লাকমিন্নরি। খঙহৌদনা Taxi অমনা মনিংলোমদা থেংজিল্লক্তুনা ইন্দ্রা সুসিল জ্ঞান তাদমখৈ শোকলে। মখোয়নিবু মনাক নকপা হোসপিতালদা পুশনবীত্নুনা লাইকন্নরি। পুলিস্-শিংনা Taxi ফাত্নুনা কেস অমা লৌখৎলে। সুসিলদি জ্ঞান তাত্নুনা রা ঙাংবা ঙমই।

সুসিলগী রাদৈগী মতুং ইন্না হোসতেলদা লৈরিবা রারদেন-দা পাউ পীত্নুনা হোসতেলগী মমান্নবশিং লাকই। সুসমিতাসু পাওসে তারত্নুনা হোসপিতাল তন্না লাকচৈ। ইন্দ্রাগী ফিভমসে খরা লুবদগী Doctor শিংনা কনামত্তা চংহন্দে। ইন্দ্রাবু উন্নহন্দে Special Room দা থমত্নুনা অফাওবা Doctor কয়ানা চেকশিন্না লাইকন্নরি। উপাই লৈজদ্রবী সুসমিতা সুসিলদা হংজৈ,—

সুসিলনা রারি পুন্নমক লিজরে। রারদেনগী মমাংদা খঙহৌদে সুসমিতা মমিত্তা মপী তারকই,—

রারদেন—সুসমিতা কপকনু ইন্দ্রা শোয়দনা ফগনিদা।

সুসমিতা থরায় য়াম্না রাজৈ ইন্দ্রাগী মশক ফাওবা উবা ফংজদে।

সুসমিতানা Doctor শিংদা হংজৈ—

সুসমিতা—Doctor ইন্দ্রাগী ফিভমবু কমদৌরিবগে?

Doctor—মেডাম রাবিরুনুদা ঈ কাপলি।

সুসমিতা—মহাকপু অমুক্তা উনবা য়াগদ্রা?

Doctor—মহাক জ্ঞান তাদ্রি মেডামনা য়েংবীগে হায়রগদি কুইবীরকনু।

সুসমিতা তপ্না তপ্না ইন্দ্রাণী মনাক তম্না চঙশিল্লকই থন্নায় য়াওদ্রবা উতুপকুম ইন্দ্রাণী হকচাংসে অঙৌবা ফিনা কুপত্তুনা লৈবা উই। শ্বর হোল্লি হায়বতা মঙাই ইন্দ্রা তুমিন মমিং উইশিন্দুনা ফমুং মথকুদা লৈরি। সুসমিতা ইন্দ্রাণী মায়-খোংদা তপ্না তপ্না নানবীরত্নুনা মীৎলু পীরাংনা অরৎপা লৈ-তনা খাঙলিবা মোনগী মচিত্নুদা তপ, তপ, তারি। তুমিন হিপলিবা ইন্দ্রাদি সুসমিতাগী মীৎলুগী পীরাং মরিক, মরিকী পাউখোংদো উবা লৈতে। সুসমিতা মথুত্তা পায়জরিবা রুমান মচাত্নুনা মায়থোংবু তৈথোকচত্নুনা জ্ঞান তারো নাবা ফরো হায়না থঙ্মোয়নুংদা শোনজরগা তপ্না তপ্না মপাললোমদা খোকখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি সুসমিতা মথরায় য়াম্না রাজনা ইন্দ্রাণী মপাওতবু খৌরাংনা ঙাইজরি।

সুসমিতা হোসপিতাল তম্না লাক্লি লম্বীদা ইন্দ্রাণী মমান্নবশিং থেংনৈ সুসমিতানা হংজরি।

সুসমিতা—অনাবগী ফিভম কমদৌরে?

মমান্নবশিংত্নুনা ইন্দ্রাদি ঙরাংদগী হৌজিক ফাওবা জ্ঞান তাহৌদ্রি অত্নুগা সুসিল্লদি ফজনা জ্ঞান তাত্নুনা চাক ফাওবা চারে।

রাহৈশিংসে হায়রম্লগা মমান্নবশিংসু চংখ্রে। সুসমিতাসু কারদো খৌরত্নুনা তপ্না তপ্না লাকলি। হোসপিতাল য়ৌরত্নুবা ইন্দ্রাণী মনাক্তা চংগে তৌই অত্নুবু Doctor শিংনা জ্ঞান তাদ্রি ফাওবা উনবীগন্নু হায়না থিংলে। সুসমিতা সুসিলগী মনাক

তন্না অমুক লাকই। সুসিলসু ফমুংদা হিপতুনা লৈরম্মী। সুসমিতা লাকপা উবদা সুসিলনা হায়রকই—

সুসিল—মেডাম লাকপীরিদনা।

সুসমিতা—উম লাকলি।

সুসিল—ইস্রাদি কমদৌহৌরিবগে?

সুসমিতা—মহাক্তি হৌজিক ফাওবা জ্ঞান তাদ্রি Doctor না জ্ঞান তাদ্রিফাওবদি উনবীগনু হায়দুনা উনহল্লে।

সুসমিতা সুসিলগী মনাক্তা যম্না ফম্না ইন্দ্রাগী মরমদা ৱারী কয়ামরুম শান্নরি,—

সুসিল—ইতাওসে মরাইবক থীরেদা।

সুসমিতা—মহাকপু করম্না?

সুসিল করিগুম্বা ইতাওগী অশোকপশিনা ফত্রদুনা লৈখিদ্রবদি য়ুমগী ইমাখোয়না মঙোন্দা শাগৎলিবা অশা পুম্বা কায়রগনি।

সুসমিতা—মখোয়গী মচিন মনাও কয়ানো? অদুগা মমা মপানা করি থবক তৌবা?

সুসিল—মচিন মনাও অনিখক্তনি ময়াম্বা অমা হুকান ফমলি। মপা লৈখিদ্রে মমাদি হিংলি অদুগা মতৈমাগী অপীকপী মচানুপী শান্তি কৌবী অমগা য়ুমদা মখোয় মরি লৈহৌরি।

সুসমিতা—মহাক্কী সুংশিনবদি লৈতব্রা?

সুসিল—মেনাকা কৌবী অমাথক লৈ পীশক পীকলিঙৈদগী সুংশিনজরকপনি।

সুমমিতা-মহাক্তি লাইরিক কদায় ফাওবা তমই করি থবক তৌরবা?

সুসিল—ঐখোয়গা ক্লাস মান্নরকপনি অত্তুবু B. A. Exam. হায়দোরকপদা ঙমলক্কে হু'দকতি ঙমলমাল্লে।

সুসমিতা—মখা তমথ'খি'দোরিব্রা?

সুসিল—তমথগদবা মা'ন্দ্র ইতাও ইন্দ্রাণী M. A লোয়বগা লুহোংসি হায়তুনা মখোয়নি অবেপ্পা থমনরিবনি।

সুসমিতা হায়ফম খঙদে সুসিলগী মমাংদা তৌফম খঙদে মমায় ঙাংশং ঙাংই তুমিন চংপ্লসিরা খল্লি। অমুকসু খল্লে ইন্দ্রাণীদি মরাল লৈতে। মহাক্না নোংমতা মুংশি হায়'সু ফোং-দোকখিদে মীৎয়েং কারনসু চনখিবা য়াওদে। ঐতনা ইথন্তা থম্মোইনুংদা ইন্দ্রা খঙহন্দনা মুংশিজবগী ৱানি। মীগী অৱাবা তারবদি শেবা তৌবা ঙমজবা মতেং খরতা ওইরবসু পাংলম্বা হায়বসে খঙনা চান্নকবগী হৌনবীনি। নত্রগা ইশাগী ওইজবা থিতুনা তৌরিব্রা? হায়না সুসমিতা থম্মোইনুংদা খঞ্জতুনা মথন্তা ৱাখলতুদা উংলুরে। সুসিলসু সুসমিতাগী মতৌদো উবদা মুঙাই-ত্রতুনা হংলকই,—

সুসিল—মেডাম করি তৌরবগে তুমিন লৈবীরিম্বুবো?

সুসমিতা—করিসু তৌদেদা।

সুসিল—অতুগা কনাগী ৱাখলদা উংলিবা?

সুসমিতা—কনাগীসু খন্দেদা ঐ চংলগে কোন্না লাক্কে ইন্দ্রাণী অনাবদো অমুক্তা হংলুখিগে।

সুসিলসু মথন্তা খলহোই মেডামসিবু ইতাও ইন্দ্রাগা মুংশিনরিব্রনে? করিনো ঙসি ঐনা হায়খিবা ৱাহৈশিংসিনা

মেডামগী থম্মোই শোকপগুম তৌই। ফরে পুন্নমক ঈশ্বর মহাক্না থৌজানবীগনি।

সুসমিতা মপান্দা ফমহুনা ইন্দ্রাগী মপাও ঙাইজরি। ইন্দ্রাবু ঙায়েংবা Doctor অমা থোরকপা উই সুসমিতা পরপ, পরপ চংশিন্দুনা হংজে,—

সুসমিতা—Doctor ইন্দ্রাগী ফিভমবু কমদৌরিবগে?

Doctor—মহাক জ্ঞান তাহৌরে রাদি ঙাংবা ঙমদ্রি।

সুসমিতা—উনবা য়াগদ্রা?

Doctor—য়াগনি Ward no. 4 Bed no. 5 তা লৈহৌ-রবনি।

সুসমিতা ইন্দ্রাগী মনাক্তা চংলক্তুনা ইন্দ্রাবু তপ্না, তপ্না কৌজে। ইন্দ্রা তারহুনা তপ্না মমায় ওস্থোরক্তুনা মেডামদা য়েংই—

ইন্দ্রা মেডাম উবদা মমিত্তা পীগী ইরা চেনহুনা মুন্না য়েংহুনা লৈ। ইন্দ্রাগী মীৎলুদগী তারকপা পীগী মরিক অনিথক্না মেডামগী থম্মোইদা পাওখোং চঞখি। মেডামদি ইন্দ্রাগী মতৌদো উবদা থম্মোই কায়নিঙাই মশক ওইয়হুনা মখুৎ মচাহুদা পায়রিবা রুমালহুনা ইন্দ্রাগী মিৎলু পীরাংবু তপ্না তপ্না তৈথোকপীখি। সুসমিতা ইন্দ্রাগী মনাক্তা অহুম ফমহুনা লৈরে। ইন্দ্রাসু তপ্না তপ্না মমিৎ অনিদো উইশন্দুনা তুমথখি।

সুসমিতানা ইন্দ্রা, ইন্দ্রা কৌজে অহুবু তাবা কৌবা লৈতে শ্বর হোল্লিব্রা য়েংজে শ্বরদি নিংথিনা হোল্লি। সুসমিতা মথস্তা

খনজে মহাক্কীশি তুমলিমাল্লে। অসুম রাখল তৌনা, তৌনা ফমবদগী রারহুনা সুসমিতাসু হৌগত্তুনা থোরক্লে।

সুসমিতা University দা লাক্কুনা হপ্তা অমাগী ছুটি লৌথোক্লে।

রারদেনা ইন্দ্রাগী মরমদা হংলকই —

রারদেন মেডাম ইন্দ্রাবু কমদৌহৌরিবগে?

সুসমিতা—Sir, জ্ঞানদি তারে রা ঙাংবদি ঙমদ্রি।

রারদেন—ঐসু হোরেল মুংদাংরাইরম ইন্দ্রাগী মনাক্তা লাক্কে।

রারি রাতাই ঙহাক শারগা রারদেনসু চৎথ্রে সুসমিতা ময়ুমদা লাক্কুনা চাক-ঈশিং খরা চারগা ঙাইহাক্তং পোথাজরি। পোথারি হায়বতনি রাখলদি ইন্দ্রাদা থমজে পোথাবা যাত্রহুনা হোসপিটাল তম্না লাকই।

সুসমিতা চঙশলক্কুনা ইন্দ্রাগী ফিভম য়েংজে।

সুসমিতা—ইন্দ্রা, ইন্দ্রা নঙবু করি চানিংবগে?

ইন্দ্রাদি পাউথুম পীবা ঙমদ্রহুনা মঙক্তো তপ্না, তপ্না লেংই সুসমিতা ভাব তাই চানিংদে হায়রিমাল্লে থংই।

সুসমিতা—শঙ্গোম থকশিদনা।

ইন্দ্রা তুমিন লৈ হোয়নি যাইনি হায়দে। সুসমিতা শঙ্গোম শেমহুনা ইন্দ্রাদা থকশি হায়জে,—

সুসমিতা—সে য়াদো কাথৎলু চামসসিনা তপ্না, তপ্না ইল্লক্কে।

ইন্দ্রা ময়া কাথৎলি সুসমিতানা তপ্না, তপ্না শঙ্গোম ইনবীরি। ইন্দ্রা হায়দোকচবা ঙমজদে অদুবু সুসমিতাদা য়েংলিবা পীরাং

পীরোইবা মীংয়েংতুগী পাউথুমদি সুসমিতা মথন্তা খঙজখি। সুসমিতানা ইন্দ্রাগী পীরাং পীরোইনবা মীংয়েংতুগী পাউথুম পীজখি।

সুসমিত—ইন্দ্রা করিগী অহুক রাখল পীকথরিবনো ? নঙনা খল্লিববু থাপলবা মীরমসিদা নঙগী শেবা তৌবীনবা কনামত্তা লৈতে নিংলিব্রা ? ঐহাক অমা ননাক্তা লৈরিসিদি।

ইন্দ্রা সুসমিতাগী রাহৈসে তাবদা থম্মোইদা খরদি হরাওজৈ সুসিলগী মরমদা হংজনিংবনি। রা ঙাংথোকপা ঙমদবনিনা তুমিন লৈ উপাই লৈতে। ইন্দ্রা মখুৎ তিংথোরক্লুনা টেবলদা চে-কলম লামই চেদি ফংলে কলমদি ফংদ্রে। খুজিলহুনা চেমায়তুদা সুসিল হায়না ইবদো সুসমিতা খঙলে। ইন্দ্রানা ইরিবসে সুসিলগী মরমদা হংবনি হায়বা শোয়দ্রে খন্দুনা সুসমিতানা পাউথুম পীরকই।

সুসমিতা—সুসিলদি নাবা ফগদোরে চাক-ঈশিং ফজনা চারি। করিসু অকায়বা য়াওদে মহাক্কী হায়ববু ওইথংবা খোংগী খুজেংদা তেকপনি Plaster তৌরে। হয়েং হংচিত্তি নঙগী ননাক্তা লাকপা য়াই।

সুসমিতাগী পাউথুমসে তাবদা ইন্দ্রা হরাওজরহুনা মোমোন তৌজৈ। মতম কুইনা উদ্রবা ইন্দ্রাগী মোমোন মীনোক্লো ঙসিসু সুসমিতাগী থম্মোয় হুবীহুনা ইন্দ্রাগী মনাক্তগী হেন্দোকচনিংদে।

সুসমিতা অসুম্না ইন্দ্রাগী মনাক্তা সেবা তৌবসে মপুরোইবশিংগী মফমদা হুপীশিংনা সেবা তৌবদো নিংশিংলকই।

সুসমিতানা খল্লি ঐনা ইন্দ্ৰাগী মনাক্তা লৈতুনা সেবা তৌবসিবু Professor শিংনা করি খনথ্রনি। মুংদাংৱায়রম মতমনি অতৈ Professor শিং অমস্থং ৱারদেন লাকই। সুসমিতা ইন্দ্ৰাগী মনাক্তা ফমলি। ইন্দ্ৰাস্থু Professor শিং লাকপদো উরতুনা মখুং অনিদো লোম্নতুনা খুরুমজে। Professor শিং অমদি ৱারদেন ঙাইহাক ফমলমলবা মতুংদা চংত্রে। সুসমিতা অস্থম ইন্দ্ৰাগী মনাক্তা অমুক, নুংথিন, নুমিদাং লেংদনা লৈতুনা সেবা তৌরি।

সুসমিতাগী ছুটি মতমস্থু লোয়তুনা মরক, মরক্তা University চংলি। অশংবা মতমদা হোসপিতালদা অতুম লৈ। ইন্দ্ৰা হোসপিতালদা লৈরকপসি থা অমা হেলক্লে করিগুম্বা মতমদা মেনাকাবু তত্তুনা শিংশিংই অতুগা ময়ুমগী খনবদা মুঙাইজদে। সুসিলদি ফরতুনা ইন্দ্ৰাগী মনাক্তা লাকই,—

সুসিল চঙলকপা উবদা ইন্দ্ৰা হরাওরতুনা সুসিলবু হরাও হরাও মোমোন তৌবা মায়থোংতুনা ওকপীখি।

সুসিল—মরুপ Doctor না করি হায়রিবগে?

ৱা ঙাংবা থোক্রুবা ইন্দ্ৰাদি চেবাংদা ইজতুনা পাউখুম পীজৈ।

ইন্দ্ৰা—ঐ খঙদে মেডামদা হংউ।

সুসিল—মরুপ নঙদি খঙলমলোয় প্রোফেসার ময়াম অমদি হোসটেলদা ছাত্র খরনা মেডামবু লাম্না হায়বীরে।

ইন্দ্ৰানা অমুক্তা চেতুদা ইজৈ।

ইন্দ্রা—করম্না হাঙ্কনরিবা ?

সুসিল—মেডামগা ইন্দ্রাগা করি করিনো ... ... অদুগা মেডাংনা ইন্দ্রাগী লাইয়েংবদা অসুক থরায় য়াওরিবসে ইন্দ্রাগা করি মরি থোক্লবনো ইন্দ্রাসিবু মহাক্কী কনানো ? মরম লৈতনা প্রোফেসার অমনা ষ্টুদেন অমগী সেবা তৌবা হৌনদে হায়বনচিংবা ঙাংনৈ।

ইন্দ্রাদি রাহৈশিংসিগী পাউথুম পীবদি ঙমক্রবদিনা মেডামগীদমক থল্লুবদা মুঙাইজহ্রহুনা মীংলুদগী শিন্নুরকপা পীরাং মরিক মরিক্কা মীয়াম্না ঙাংনরিবা রাহৈশিংদুগী পাউথুম ঙইনা সুসিলগী মফমদা পাউখোঙ চনখি। সুসিল য়াম্না শিংজরবসু ঙসিদি ইন্দ্রানা চল্লিবা মীংলগী পীরাং মরিক মরিক্কী পাউখোঙদি ফোংবা ঙমখিদ্রে। ইন্দ্রানা মীংলু পীরাংশিংদো তপ্না তপ্না তৈথোকচরিঙৈদা মেডাম সুসমিতাসু লাকলহুনা ইন্দ্রাগী মনাক্তা চঙশিল্লকই অদুবু সুসিল ফমহুনা লৈরম্বাদো উবদা সুসিলদা ওনশিন্দুনা ব্রারী শারকই,—

সুসমিতা—সুসিল নঙসু লাক্লমলিদনা ?

সুসিল—হোয় মেডাম লাকচরি।

সুসমিতা—কমদৌরি হুঙাইরিদনা, পরিক্ষাগী লাইরিক্কা কয়াম পারবা ?

সুসিল—থরদি পারে হায়বতরে অদুবু মেডাম পরিক্ষাসিবু করমকান্দা তৌগদৌরিবনো ?

সুসমিতা থা অনিমুক্তি রাংলি কয়া হোংনৌ হৌজিক্তি মাবসু করবনিনা লাইরিকপু থরায় য়াওনা পারবদি পরিক্ষদা মাই পাকদৌরিবনি।

সুসিল— ফনি মেডাম হোৎনজগে অহুগা ইতাওগী অনাবসিবু ডাক্তরনা কয়ি কয়িবু হায়রিবগে ?

সুসমিতা তুমিন লৈ সুসিলনা হংজিবা ৱাহৈহুগী পাউহুম পী- খিদে ঙহাক লৈরগা সুসিলবু মপান্দা কৌথোক্তুনা ইন্দ্রাগী মরমদা হায়—

সুসমিতা —ডাক্তরসু হায়বা ঙমদ্রে ওপরেসন তৌহনা য়েংলে উপাই লৈতে হায় অসিদনি ঐনা মাগীদমক ৱারিবসে মহাক্কী মরোলসিবু সুকথোক যোক্লরাইদ্রা খঙদে।

সুসমিতাগী ৱাহৈসে তাবদা সুসিলু য়াম্না সুঙাইহনে মখোংগী- দমক থনবদা থনফম খঙদ্রে ৱাখল যুমবংলৈ।

সুসিল—ডাক্তরনবু হোসপীতালগী ডেচাবক তৌরগে হায়রা ?

সুসিমিতা—উম ডিচারজ তৌরগে ইন্দিয়াদদি ঙমগদবা মানদ্রে America দা পূৰো হায়রিবনি।

অসুম্না ৱারী শাবা লোয়রহনা মথোয়নি অমুক ইন্দ্রাগী মনাক্তা চংশিন্নরকই অহুবু ইন্দ্রাদি লৈরমদ্রে চেবাংদা অসুম্না ইদুনা থনমই-

জাতিগী ওইবা ইশাগী লোন অমা মনীং তম্না লৈজরবসু থাপলবা লমদমসিদদি কনানসু হৎলীবহুম ঐগী অনিংবা অপাম্বা কয়ামসু ফোংদোকচনা ঙমদ্রবা লৈমেংসে কৈদৌঙৈদসু মনীং তম্বা ঙমগনি থাজদ্রে অচুম্ববু ফোংদোকচনবগী উপাই লৈজদ্রবা ঐহাকসে অসুম্না হিংবগী কয়িবু কায়থিনি ? সু শিজরবী মেডাম নংগী লমনবু ঐগী পুন্সিনা কয়ম্বা মতমদা শিংজবা ঙমগনি। মেডাম্না ঐগী- দমক থনবীবদা নগুং নমান্নবী প্রোফেসার কয়াগিংগী মমাংদা কয়াদা ইকায়বা নংলবা অহুগা ঐগীদমক্তা কয়িগী অসুক ৱাবীদগে ? ঐদি

পরদেশীনি অদুগা নঙনা লমদমসিগী নাগরিকনি, কয়াদা খেৎনথ্র-বনো ? অম্মুম্না ইরমলগা ইন্দ্রা তুমিন মপাল্লোমদা থোক্তুনা চৎখিরম্লে।

ইন্দ্রানা ইরম্বসে পাবা লোয়রবা মতুংদা স্মুসমিতা অমদি সুসিল Doctor বু কৌহনা হায়জৈ।

স্মুসমিতা—Dcctor ইন্দ্রা লৈরমদ্রে। কদায় চৎথ্রবগে খঙদে।

Doctor—মহাক্কী Dicharge slip পীথ্রবনি অদুনা মহাক চৎখিবদা করিস্মু অকায়বা লৈত্রে।

Doctor গী পাউথুম তাবদা স্মুসমিতা অমদি স্মুসিল খনফম খঙদে হোসপেতল তম্না লাকই। হোসপেতলদস্মু ইন্দ্রা লাকই হায়না কনামত্তনা হায়রক্তে। চৌকিদারদা হংলুবদস্ ইন্দ্রা লাক্তে মাগী কাগী শো চৌদারনা পায়রি থুমক্লই।

অস্মুম্না থীবদা স্মুমিদাং পুং মাপল তাথ্রে ত্রেন ষ্টেসন্দা চৎতুনস্মু য়েংলুই অদুবু করিমত্তা কন্নাবা ফংদে - উপাই লৈত্রদুনা পুলিসতা রিপোৎ তৌরে অদুগা ময়ুমদস্মু খঙহনথ্রে।

স্মুসিলনস্মু ইন্দ্রাগী মরমদা ইদুনা মেনাকাদা চিঠি অমা থাখি।

ইন্দ্রাগী অকুপ্পা পাউ অমত্তা খঙবা ঙমদ্রে। নুমিৎ হুমনিগী মতুংনি। পুলিসকী মতুংইন্নদি ত্রেন ইষ্টেসনদগী খরা চৎথোক্লগা অশিবা মশক খঙবা ঙমদবা অমা লৈরম্বদগী হোসপীতালদা পোস-মোর্টেম তৌরবা মতুংদা পুলিসশিংনা পোলোয়খ্রে হায়না নিউজ পেপরদা ফোংদোরকই।

স্মুসমিতা অমদি স্মুসিল পুলিসতা লাক্তুনা হংজৈ। অশিবা-গী ফোটো অমদি ফিজোলনচিংবা পুলিস Station দা লৈরমই।

University গী Student শিং [redacted], ৱারদেন, প্রোফেসারশিং লোয়না লাক্লুনা য়েংই মশক খঙবা ঙমদে অহুবু ফংলিবা ফিজোলসিদি ইন্দ্রাগী ফিজোলনি খংলে।

উপায় লৈত্রবা সুসিল করি তৌসিগে খল্লি। ঙাইহাক খন্নরবা মতুংদা ইন্দ্রাগী মফি মরোলদো পুদুনা মনিপুরদা থোকলগে খল্লে। সুসিলবু ময়াম চংহুনা অরৈ অরৈবা শেলগী মতেং পাংহুনা মনিপুরদা থাবীরকখি।

সুসিল ময়ুম চঙদ্রি ইন্দ্রাগী ইমুংদা হাল্লা চঙলক্লুনা ৱারী পুম্বা লিজরে। ফোটো অমদি ফিজোলশিং পুথোক্লুনা ইন্দ্রাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংবু য়েংহল্লি।

করমদি তৌনি মতম কুইনা মচাগী মশক উজবা ফংজর-ক্রবী মমা বীজেন্তি মচানা এমঃ এঃ লোয়হুনা থোরকলগা উন-ৱগনি খনজহুনা ঙাইজবনি। ঙসিদি শকখঙদবা ফোটো অমদি মচাগী শেংলবা ফিজোলসিনা লৈতেংহুনা লপলবা মীরমদগী ফোংবা ঙমলরোইদ্রবা পাউখোং ওইনা চল্লবি।

ময়াম্বা রাজেশ, মতৈমা, শান্তিস্ম হায়ফম খঙদে ওনথোইনা কপচবা নত্রবস্থ মীৎলুগী নাপোমদা লেপত্রবা তুরেলগী লাই-জগুম মৎপাল অনিনা ঙাক শেনজহুনা নৈরিবা লুরবা মিংস্না থম্বালশিংদগী লেপ্পা কৌবা লৈতনা পীরাং মরিক শীন্থহুনা মিংস্নাগী তর্পন কংচরি।

মেনাকাসু পাউসে তারদুনা ইন্দ্রাগী য়ুমদা লাকচৈ। মীমাং থোক্নদি কপচদে হায়বগী রানি থম্মোইনুংদদি অচাকপা রামৈগুম অশাবা মৈ-চীংগী লভাগুম, ফুমদুনা থমজরিবনি।

সুসিলগী ইমুং মনুংসু লোয়না লাক্লে। লৈকায়গী অহল লমনসু ভিল্লহুনা মৈতৈগী হৌনবী মতুং ইন্না ইন্দ্রাগী মফি মরোল-দো তুরেল খোংবান্দা পোৎলোয়খ্রে।

মেনাকা ময়ুমদা হলকলবা মতুংদা অহিংদুমা তুম্বা য়াদ্রে। থেংলবা অহিংগী মীচিক মীরাওখোল তারক্লবদা মীৎলু পীরাংনা পুমচোৎ চোংলবা মায়থোংদো মোনথুমদুনা তৈথোকচৈ।

অমুকসু থোংনাওদা কোক কোক থিলকপগুম তৌই। মেনাকা থোংনাও হাংদোক্তুনা য়েংজৈ কনামত্তা লৈরমদে। মেনাকাগী মতৌসে মমা, মপানা য়াম্না চিংনরকখি মদুদি, ইন্দ্রাগী রাখলদা শোয়দনমক্কী ভাওরকপা তারে হায়বসিনি। মমা, মপানা হায়না শিংনদুনা থমলিবা ফুপাদুগা থুনা লুহোংনবা থৌরাং তৌখ্রে। মেনাকা মশাদি খঙহনদ্রি।

মেনাকাসু লুহোংবগী ফুমিৎ লেপখ্রে হায়বসে মমান্নবীশিং-দগী খঙবা ঙমলে। মেনাকা মথক্তা খনজৈ ইম্ফাল তুরেলগী ঈমায় চোল্লবা ঈমায়সিদা চোংথদুনা থরায় থারসিরা নত্রগা হু থক্তুনা শিথ্রসিরা অসুন্না রাখল মণ্ডল, মণ্ডল খল্লিচৈসিদা প্রভা চংলকই অদুগা মেনাকাবু থেমদুনা অসুম্না হায়রকই,—

প্রভা—ইতা ইবেম্মা "সুংশিবা" হায়বসে মীওইবতা নত্তে থরায় পানবা জীবা থুদিংমক খঙবনি। কনাগুম্বনা মানা-মানা

তিন্নরুবা শকখঙনজখিবা অতুতবু মুংশি হায়না খল্লবদি শক খংনদবশিংদি মুংশিবা খঙলমলরোয়দ্রনে ?

মেনাকা প্রভাগী রাসে তুমিন তাজৈ প্রভানা অমুক্কা মখা চংথরকই, —

প্রভা —হৌখিবা পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক্তি নিংশিংবতনা বাহনবনি অতুগী শকক কাওথোকপা থুরা তম্মু।

মেনাকা—ইতা মুংশিবা য়াওদ্রবা সংসাবদা হিংবগী করি কান্নবি মুংশিবদগী হেনবা মমল য়াম্বা করি লৈবগে ?

প্রভা—ইতা লুহোংলগা পুন্নমক ফগনি অনৌবা পুন্সি মপোক অমা পোকপগা চপ মান্নগদবনি।

মেনাকা—খঙদ্রে ঐগী রাখল ফুমবংনরে মুংশিবা কায়নবগী মৈ-রিরকসিদা কনাগী অশা করম্বা য়েনিং করম্না ওইথোক্কনি।

প্রভা—ইতা মীওইবা মপোকসে নোংমা নত্রগা নোংমা শিগদবা ঙাক্তনি অহাল অকোলগী রানি। মুংশিবা মহাক লৈ· বিঙৈদদি মাগীদমক হিংজরবস্থু লেমহৌরিবা পুন্সি খরসিদি ইমা পাবুংগী যাথং ইলবনা ফবোযদ্রনে ?

মেনাকা—ফরে ইতা ইমা পাবুংগী অনিংবদি থুংহলমলগে।

হৌনবী মতুং ইন্না ইন্দ্রাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মা লোয়খ্রে। ইন্দ্রাগী ইমুং ইচিক চিকই মমাদি মচাগী রাখলদা রাখল চোয়রবীংম তৌরে। সুসিলস্তু থিন্দনা অমুক দিল্লীদা চংখ্রে। দিল্লী যৌরবা মতুংদা মেডামস্থু হোং কোংদা চংখিরমলে। অস্তুম্না পুন্নমক রাংমা রাংমাগী পুন্সি ওইনখ্রে।

অহুগা মেনাকাদি লুহোংনগনি খল্লুহদা য়াখল লৈতাফম থাঙমদ্রহুনা মেনাকা কনাবুস্ন হৌদনা মথক্তা তুরেল খোংবাল্লোমদা থোরকই।

অহুদৈ ইন্দ্রাগা পীক্লিঙৈদা ইহান হান্না উনখিবা মফমদুগী হৈবোং পাম্বীদো উরগা পীরাং পীয়োয়ননা হৈবোং মখোঙ তম্না চ শিনজরক্নুনা ফমজে।

মেনাকানা মচিন্দা অস্মন্না মুকম মুকম শোল্লি,

মেনাকা—হে লেংত্রবা লাইওইরবা হৈবোং পাম্বী নঙদি ঙসিস্থু লেংদনা লৈরিদো। নংগী উথাগিগী মখোংদনি অহানবা মুমিত্তা থেংনহনবীখিবা ঐগী মুংশিবা ইন্দ্রাগী শকক্ষমদো ময়েক লানা থমবীরিব্রা? মুংশিবা মহাক্তি তাকলমদনা চংখ্রে। ইন্দ্রা অমদি ঐগী মুংশি ধারীদি কনাস্থু খংবীদবগুম নহাক্কী লোনথোক্লবা নশা নয়েংনস্থু সমাজসিদা থগুহনবী-ত্রেদো। ঐদি হয়েংগী মুমিত্তা শকথংদবা লমলানবা মহাকী কাদা পলেম পম্মোগী য়াথং তুংওইননা চংপা তারে—হে লেং-ত্রবা হৈবোং পাম্বী নঙবু ইতা কৌজগে—ইতা ইবেম্মা করিগুম্বা ইন্দ্রাগী থরায়না মুংশিবগী লম্বীদা ঐগী থোঙ্গুল লিগীরক্লবদি মথংগী মপোক্তা ঙাইজরমগে হন্দক্কীদি পলেম পম্মোগী য়াথং ইনথ্রে তম্বীয়ুকো।

অস্মুম্না হৈবোং পাম্বীহুবু য়েংলগা মেনাকা ময়ুমলোমদা অমুক চংলকই।

লুহোংবা মুমিংনি ময়াম ইৱাং লাংই। মেনাকাবু পোলোয় শেংগীশিংনা ফজনা কেৱীদুনা লুহোংবগী ফিজোল শেংগীদুনা থমলি।

নিপা ময়ুমগী মীশিংসু লাক্তুনা হৌনবী মতুং ইন্না লুহোংবগী থৌৰম লোয়দুনা নিপা ময়ুমদা মেনাকাবু ময়াম চংদুনা থিল্লকই।

মেনাকা ময়ুম থাদোরকপগী মুংঙাইতবনে অসুম লম্বীদা গাড়ী মনুংদা কপলা কপলা লাকচৈ—লম্বীদা ইন্দ্রাগী য়ুম থোঙ্গাল য়ৌরক্লে মৈসু লাকুবা মুমিং ওইবনা ইন্দ্রাথোয়গী লৈকায়দো মমমই—ইন্দ্রাগী মতৈমা মমা, পীক্লিবী শান্তি লাললৈল অমা পায়দুনা মেনাকা লাকপত্তু য়েংজৈ মেনাকা অৱোয়বা মীৎয়েং ওইনা ইন্দ্রাগী য়ুমগী মাইকৈদা ওনশন্দুনা মীৎলুদা কংবা নাইদ্রবা পীৱাং মৱিক মৱিকতুগা লোয়ননা অৱোয়বা ওইনা অমুক্তং য়েংজৱমই। লম্বীগী চিদাইদা লেপচৱিবী ইন্দ্রাগী মমা, মতৈমা অমদি পীক্লিবী শান্তিথোয়বু উৱগা হায়ফম তৌফম থঙদমথৈ মীৎলুদা পীৱাং মৱিক মৱিক শিন্থজৱগা থম্মোয়মুংদা "পীৱাংগী পাউথোং" চনজদুনা শান্তিথোয়বু লম্বীগী চিদাইদুদা তুংওইননা থম্বীৱমই।

শান্তিসু মথুং মচাদো থাঙ্গৎচৱগা পীকতক তৌবী চিনবান্দুনা খোঞ্জেল থোক্লা,—নেনে Bye—Bye তৌজখি অদুবু মেনাকাদি, উবা ফংদমথৈনেপত্রবা মাৰুতি ভানগী খোংজেলদুনা অসুম, অসুম পুবিখিদুনা পুন্সিগী অৱোয়বা তোৰ্ব্বান অমদা থুংংব্র অদুগা ইন্দ্রাগী পুন্সিনা কৱম্বা তোৰ্কান্দা থুংলিগবা?

মচা কায়নরবী মমা বীজেস্তি মুমিং থুদ্দিং মচাগী কাদা মৈ ঙাম্না থানজহনা মচাবু লাকপা ঙায়জরি অহুরু. ইন্দ্রাদি লাকপা কৌবা লৈত্রে।

অসুম্না ইন্দ্রাগী ৱারী লোয়রহনা অজিৎনা প্রামেসতা হায়রকই।

অজিৎ—অসিনি মরূপ ঐগী পীশক পীক্লিঙৈগী মুংশিরবা মরূপ ইন্দ্রাগী পুন্সি অসুম্না মকম মরাং থঙদনা তোর্বান ৱাংমা ৱাংমগী পুন্সি ওইখিবনি।

প্রামেস—থঙদ্রেদা মরূপ ইন্দ্রাগী ৱাথলদো করিগী অসুম্না তৌ-থ্রিবনো ?

অজিৎ—ঐসু থঙদে, মরূপ মহাক্কী পুন্সিদা নত্তে পুম্নমকপু অৱাবা কায়নপুংদা থম্বীরমই মহাক্না।

প্রামেস—মেনাকাগা লুহোংলিবা মুপাহৃদি কনানো ?

অজিৎ—ঐসু অশেংবদি থংদে অহলশিংনা হায়নরগা হোংখিবনি হায়।

প্রামেস—করিগুম্বা ইন্দ্রানা হিংলমলদি লুহোংগ্রবী মেনাকানা করম্না ... অহৃগা মেনাকাগী মুপাহনা করম্বা মওংদা থম্বীগদৌরিবা ?

অজিৎ—পুম্নমক্তো ঈশ্বরগী থৌজালনি মীওইবা ঐখোয়না তম্বা ঙম্বা নত্তে—

প্রামেস—ৱাথল মুম্না থল্লি তুমিন লৈ। অজিৎকী মফমদদি ফোং-দোকচদে মেনাকাবু লুহোংহনা লৌরিবসে প্রমেস মশামক্তি তাকথোকচদে। প্রমেসকী মওংসে উরগা অজিৎনা হায়রকই।

অজিৎ—মরুপ প্রামেস নঙবু কৈদোরবগে? মরুপ ইন্দ্রাগী রারী তারগা লৈকংদা ইরাকনরিসিবা। সে চুপিংসু তাশিক্লক দোরে চংলসি।

প্রামেস খোঞ্জেল নিকতক্লা খুমলকই,—

প্রামেস—উম চংলসি করিসু তৌদেদা।

মরুপ অনিদো তপ্লা, তপ্লা থোকমিন্নরকই। লম্বীদা অসুম লাক্লা, লাক্লা রারী কয়ামসু শান্নরি.—

প্রামেস—মরুপ তাজমহলসিদি সুপ্নগী মমাত্তা অমসুং মহাজাহনগী নিংশিং খুদমতা নম্বুনা শাবী শানৌ কম্নাগী মুংশি হৌরকখম অমাদি কায়নফমসু ওইরমগনিকো।

অজিৎ—ওইরম্বা য়াই অহুবু ঙসি ফাওবদা ঐগী ইফমদদি থোক্ত্রি।

প্রামেস—অহুবুদি ইতাওথোয়না মুংশি লম্বীদা খোংদাদবগীনিদা।

অজিৎ—খঙত্রে মরুপ ঐ হায়ফম খঙত্রে কনানা, কনানৌ, ঐনা করিনো ইশানা ইশাবু খঙজদ্রনা মতমনি।

প্রামেস—অতুগা সুসমিতাহুদি কমদোরি, কদায়দা লৈব্রিবা?

অজিৎ—ইন্দ্রাতা নত্তে সুসমিতাসু ইন্দ্রানা মাংখিবা মতুং ইকুই কুইদনা দিল্লী থদোক্লমলগা হোং কোংদা চংত্রে হায়। সুসমিতানা চংলমদাইদা সুসিলগী ময়ুমদা চিঠি অমথক ইরক্লমই হায় রারোলদি অসুন্না (হিন্দিদা ইরকপনি)

**D/S u lent Sushil,**

ঙসি নফমদা তেনতক্লা চিঠি অমা ইখিবনি। করিগুম্বা ইন্দ্রাদো য়ুমদা লাকলবদি অসুন্না তম্বীয়ু,—

থাপলবা লমদমদগী ঈহৌরক্লবসু মুংশি ঈপাক্তা তিন-জগে অশাদা ইপাং কনা য়াওদনা ইপাগী মুংশি তোব্বান্দা লেপচরম্বনি অহুবু ওসিদি সংসারগী কায়নাপুংসিদা তোব্বান রাংমা রাংমাগী পুন্সি ওইন। তামলবা তোব্বান অমদা কমচুনা ইল্লা মহাক্তবু খোরাংনা ঙাইজরি।

অজিৎ অসিনি সুসমিতাগী য়ারোল।

মরুপ অনিদো অমুম্না য়ারী শানা শানা লাকপনা মখোয়গী লৈফম য়োরকপা খঙহোদে।

অজিৎ—মরুপ ওসিদি ঐখোয়গী এঙ্গাং মহাও য়েংখিসিদনা।

প্রামেস—কোন্ন চাম্মিন্নরসি, হোরেন পুং তরাদগী Duty লৈ ঙাই-হাক্তা পোথারুখিগে।

অজিৎ—ফরে অত্তুদি ঐহাক সুম লৈহৌরগে।

প্রামেস – ফনি—।

প্রামেস মাগী ক্বাটর য়ৌরতুনা ঙাইহাক পোথাজরি। চাক ঈশিং চারগা Duty লাক্লে। Duty তৌনা তৌনা প্রামেস, মেনাকাগী মরমদা খল্লি। অমরোমদা মমানা পামজবা মেনাকাবু লুহোংলুবসে মেনাকাগী মরালদি নত্তে।

অমুম্না অহিংদো হৌখিবা খঙহোদে, অহিং নিংথিনা তুমলক্ত-বনা মুংথিলসিদা নিঙাইবা লৈতনা তুমজরি ......

কালেনগী শারবা নুংশানি হুই, হৌদোং ফাওবনা মপাল থোরক্লবা তানজাসিদা খোংদা কাক, কাক খিল্লকই।

থোং হাংদোক্লুনা য়েংলুবদদি কনাসু ওইরমদ্রে নোংমাগী মথৌ লেপ্পা য়াম্বা Postmen মখুত্তা Registar চিঠি অমা পায়রমই।

প্রামেস চিঠিদো ফাক্লুনা য়েংজৈ,—

চিঠিদো কনানা ইরকপা নত্তে মেনাকানা ইরকপনি। য়ারোলদি অসুম্না,—

D/Pramesh,

লমদম তামহৌরবী ঐহাক্না অদোমগী নফমদা করিগুম্বা খরা হায়জখিবনি,—

নহাকপু ছুটি থোরকপা য়ারোইদ্রা? ইমাগী হকচাং ঙমদবনা ঐসু য়াখলসে খনফম খঙদ্রে নহাক্না তাম্নদবা য়াদ্রে ফিভমসে খরা লুরে অহুবু ঐসু হোৎনবা য়াবা Doctor কয়াদি য়েংদুনা হোৎনরি—পুন্নমকসে ঈশ্বরগী থৌজালনি।

ঙসিগীদি লাপনা খুরুমজরি

নহাক্কী
মেনাকা

প্রামেস চিঠি পারগা য়াখল খনফম থংদে অজিৎকী মনাক তম্না লাকই। অজিৎ তুমদুনা লৈরমই।

প্রামেস—ইতাও করি মঙ মঙলিবগে য়াম্না সুঙাইনা তুমলেদা।

অজিৎ মীকপ থোক্লুনা প্রামেসকী য়াহৈসে তারগা খুমলকই,—

অজিৎ—করিসু মণ্ডলদা ওসাই অয়ুক্কো B.P.T. Programme থরা রাগ্রে অহুনা পোথারিবনি।

প্রামেস—ঐহাক য়ুমদা চত্তবা য়াগ্রে ইমাদো য়ায়া কননা ঙমদে হায়রকই —

অজিৎ- কৈদৌঙৈ চৎকদোইনো ?

প্রামেস— ছ্‌টি লৌগ্রিবনিনা অরেপ্পা থঙগ্রে।

অজিৎ- অহুদি সিঃ ওঃ গী কাটরদা হেক্কা চৎলোদনা —

প্রামেস— ইথাম্মি চৎশিন্নহুনা থরা হায়মিন্নরুসি করি কায়গে ?

অজিৎ--করিসু কাইদে চৎলুরসি।

অজিৎ, প্রামেস অনিমক সিঃ ওঃ গী কাটরদা লাকই অহুবু সিঃ ওঃ দি লৈরমগ্রে। হায়জগদবা রা পুম্বা হায়জবগী মতম ফংগ্রে অহুনা Application অমা ইরগা থমজরমই।

নোংঙাল্লগা প্রামেস সিঃ ওঃ গী ওফিসতা লাকই,—সি. ওঃ না কৌশিল্লকপা ঙাইরি। ফনা কুইনা কৌশিল্লক্রুবদা প্রামেস হক্কা চংলগে হায়না চংলকই,—

হিন্দি লোন্দনি —

প্রামেস—Sir, অমুক্তা চংজরক্কে ?

সি, ও—চংলকউ করি অচিনবা লৈরগে ?

প্রামেস ওরাং সাহেপকী কাটরদা Application অমাথক থমজরম্বহুবু —

সি, ও—ছ্‌টিগীহুরা

প্রামেস—মানি সাহেপ।

সি, ও—ছুটি চংপা লাইরি Kashmir গী ইরাং নমথনবা চং-
নবগীদমক নংগীসু মিং য়াওরিবনি করম্না ছুটি পীগদোয়নো ?

প্রামেস সাহেপ ঐবু মুংশিবীদ্রবসু ইমাগী থনবীদুনা ছুটিসে য়ারবদি পীবীয়ুবা।

সি ও - সিফাইগী পুন্সিনি কাওরব্রা ? পুন্নমক্কী মমা মপা মচিন মনাও লৈনরিবনি অহৌবু কাওথোকলগা ইমা লৈবাক্কীদমক হিংনরিবনি।

প্রামেস—ফরে সাহেপ ঊপাই লৈজদে সাহেপনা অপাম্বদো তৌদ্রীরো।

য়াহৈসি হায়রমলগা প্রামেস থরাই য়াম্না মুংঙাইতনা থোরকই ... লম্বীদা অজিৎ থেংনৈ।

অজিৎ - মরুপ কনদোরে ছুটি ফংলব্রা, করি নুমিত্তা তারে ?

প্রামেস, য়াহং সগী পাউথুম পীবা ঙমজদে থোঙ্জেল নিকত্তা থুমলকই —

প্রামেস—ছুটি চংপদি লাইরি Kashmir দা চংনবগীদমক ঐগী মিং য়াওরমই।

অজিৎ - নঙগীসিবু অমেংবগীরনে, ইমা ঙমদে হায়ববু কৈদৌঙ্গৈ হায়রকপনো ?

প্রামেস সে চিঠিসে য়েংবিরো. ঙরাংমক ফংবনি।

অজিৎ চিঠি লৌদুনা ফাকলগা য়েংই,—অসুম পারকই।

অরোয়বদা নহাক্কী মেনাকা থাবদো ঊরগা য়াম্না ঙকনা হংলকই, —

অজিৎ—মরুপ নঙদি নবুক য়াম্না ফত্তে, নহান্দগী হায়দোক্লিবা করিগীনো ?

প্রামেস—করিবুনো ?

অজিৎ—মেনাকাসে নহাক্না নুংঙাংবনি হায়দোকপনা করি কায়বগে — ?

প্রামেস পুন্সিগী রারী য়াম্না শাংই তাঙীরোয়দনা কনাগী মফমদা করম্না লিথোকলুগনি।

অজিৎ—অতুবু প্রামেস নঙ ঐ ঙসিদি পুন্সি লইসিগী তোব্বনসিদা থেংনয়বনিনা ঈশাকুগী রারীশিংদো খজিক্কা ওইরবসু লীবীবদা করি কায়বগে।

প্রামেস—করম্নবু লিগনি, ফরে উথাসিদা ঙাইহাক্কং ফমথিসি। মখাতনা প্রামেসনা হায়রকই,—

অভাং ওইরিবৈ মতমনি ইমা ইপাগী তম্পাক্তা পীক্লিবী ইচন অমগা লোয়ননা কয়াদা হরাওনা হিংজরকপনি।

"খঙহৌদবা মীৎকুপনি
তেল্লবা পুন্সিগুম,
নুঙাইরতা পামনরিবা
তাইরং সংস্কারদা
তম্বীরমদ্রামানে ইশরুক্তি"॥

অজিৎ—করিগী অতুম্না থল্লিবনো ? মরুপ রারী মখা চথবিরকউ —

প্রামেস মখা শমথনা হায়রকই,—

প্রামেস—নোংমা বাকনিগী অহিং অমদা শাবী শানৌ কয়ানা মখুত্তা মৈবা পায়বতুনা অপাম পামদা বর নিনবগীদমক নোংমাইজিং চীংদোল তম্না কাখৎনবি। অহিং সমক্তদা অথাক অবাও খোঞ্জেলগ, লোয়নন্না, অকনবা নোংলৈ-মুংশিং অমনা পৃথিবীসে হুমদোবলগ মতাগুম মাইগৈ খংদনা শিংঠিএকখি। চীংদোল তম্না কাজবিবা শাবী-শানৌদিং মাগী, মাগী পুন্সি হিংজনবা মাইগৈ খঙদা চেন্নখ্রে। লম হেনবা মোংলৈ মুংশিংতুনা লৈকোলগী হৈরা কয়াগী মশা, মন্নেংবু থুদেকপী পোমজবিবা লৈবাং কয়াবু ফুদংপী অহংগা শাংচরিবা লৈবাংশিংগী লৈনাবু লৈখে. ক্তগী লৈমায়দা চোয়না চোয়না তাহলবীবতা নত্তনা লাইওং খঙদনা হুমিং মরি, মঙানিখক নাবক্লগা ঐগী পাবুংদো ইমাগী মফমদা পুকমেন পাওমন্নবা ওমজদা পাংলম্ব, মমিত্তো তপ্না, তপ্না উই শিনখিতুনা পুন্সিগী পাকন্নবা মৈবিদো তমথিবা নোংলৈ মুংশিংলক্তা মুংখ্রে। ইমাগী মীকপ মীবাওখোলতনা খোমলাং খায়দ্রিবা ইচন অশাগী থম্মোয়দা তু-চুংনা কিহনবীখি। ইমাগী পীরাংলক্তা পাবুংগী সংস্কাবগী মৈরিনা মনিং তম্না চাকচখি। হুমিদাংরাইবম ইমা-ইচা থোকচতুনা পাবুংগী মোংফমদা মোমবত্তি থানজতুনা মোংফমগী লৈতোংতবু কোন-জরগা তত্তনা কপচখি।

ইমানা পাবুং লৈত্রবা মতুংদা নোংমগী অফং অফংবা

মনা-মশিং পুজতুনা কৈথেলদা য়োনজরগা পীকলিবী ইচন অমদি ইমা ইচা হিংনবা তোংনজরকই।

নোংমা নোংমগী অসুম চাওখলজুনা মহৈ তম্না, তম্না ইমাগী মতেংসু পাংজরকই। ঐনা বি. এ, লোইরবা মতুংদা লাইরিক মখা তম্বগী মহুত্তা সরকারগী অফংবা থবক অমা তৌরগা ইচন অমদি ইমাবু মুঙাইনা থমগে হিংদুনা ইন্টরভিয়ু বয়া য়াওজখি।

শেল পায়ভাদবা, শঙ্গা লৈজদবা ঐদি য়াওজরুবা ইন্টরভিয়ু খুদিংমক মনিপুর ষ্টেটকী ওইনদি মতিক চাবা Candi-datte ওইখিদে।
ইমা তাকতনা Indian Army গী ইন্তরভিয়ু য়াওজরুবদা লাইবক ফতুনা থনবীরকই।

খল্লবলবা মতুংদদি ইমা, ইচন থংদবা য়ারক্রে ইমাগী মফমদা ট্রেনিং চংনবগী কাইনা বীদাই পীবীয় নিজখি। করিদি হায়রুনি খোঙ্গেল থোক্না কপচদ্রবসু মাইথোং ইমক মকশিল্লি। মচানুপা অমখক মপা লৈত্রবা মতুংসিদবু করম্বা মমানা মীরমদা চংলু তাকপীগদগে।
ইমানা হায়খি করমদি তৌনি ইচাগী অপাম্বনি ইমানা থিংলরোয়।

অসুম্না ইমা অমদি তশা চিক্না পঙ্গৌগী শঙ্গাইহুংদা লৈহৌরগনি খল্লুবদা খঙহৌদনা মীহুৎগী তারবপা

পীরাং মরিক অমনা খুদোল ওইজখি।

অরোয়বা মীৎকুপনি ইমানা কোক্তা নানথবীবা লোয়রগা মীরমদা চৎনবগীদমক তপ্না, তপ্না খোং-থাংদোরকখি।

মবুংগী য়াইফগনিবু হায়রবদি করিস্নু হায়জবা ঙমদ্রবী লাইরবী মপোক্তা পোক্লবস্নু মবুংগী অনিংবা অপাম্বা থিংজখিদে।

মবুংনা মীরমদা চৎলমদাইদা মচন ওইবী অশাগী খুদোল হায়ববু পীরাং পীরোয়নবা মাইথোংহুনা পুর্নিমা থাজগী মায়থোংগুম মবুংগী মাংদা লেপচখি।

Training মহুংদা ইমাগী মশা ঙমদে হায়না চিঠি কয়া লাকখি অহুবু ঙসিগুম ছুটি ফংখিদে। Training Centre দগী কয়ারক লোন্না চেনখি অহুবু মতম খরা লৈরগা অমুক ফাহুনা পুবিরকখি। ঐহাক মখোয়গী মথো, পুন্সিবু কিবগী বা নস্তে স্নপগী কনা লৈজদ্রবী ইমাখোয়গী খনবদা ছুটি য়াওদনা লাকখি। ইচন অশা অমদি ইমাগী মতেং ওইনবা মখোয়গী অপাম্বা মহুং ইন্না মেনাকাবু লুহোংখিবনি। ঙসিস্নু লোন্না চৎসিরা নিংই অহুবু Kashmir গী ইরাং কিবদগী মৈতৈ মচা Captain অমা লোন্না চেনখি হায়গদ্রা অমুকস্নু নিংই। অহুগা অমরোমদনা ইমাগী ফিভম-হুবু কমদৌরমগবা? লাইরবী ইমাহুনা মচা ঐবুতা শোল্লমগনি। মেনাকা অমদি অশাস্নু ঐবু লাকপ্রা হায়না

মঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংলমগনি। ঐ রাখল থনফম খঙদে করি তৌগদবনো হায়ফম খঙদ্রে।

অজিৎ—ঈশ্বর লৈরিদনা করিস্থু খল্লুন্থ লাইবক্তা তম্বদো ঐখোয়গী শরুকনি খল্লসি। মরুপ ঐ Duty অমুক্তা চৎলুখিগে হোরেল হলক্লগা অমুক রারী শাসি।

লম্বীদা লাক্লা, লাক্লা অজিৎ মহাক্কী মরুপ প্রামেসকী খল্লুবদা মুঙাইতে মমা মপা কায়নবগী মৈচাক অজিৎ খংদবা নত্তে। প্রামেস নৌনা মপাস্থ কায়নরবনি অদুগা মমাস্থ অমুক কায়নখ্রবদি সংসারদা হিংবগী মহাও লৈররোই। পুন্সিসে কখোকপগী কখোকপা মরুপকী অরাবদা মতেং খরতং ওইরবস্থ পাংগে নিংলে।

অজিৎ সি, ও গী ওফিসতা লাক্লনা সি, ও, দা হায়জৈ। হিন্দি লোন্দনি,—

অজিৎ—সাহেপ প্রামেসকী ছুটিসে পীবীয়ুবা অদুগা মাগী মহুত্তা ঐবু Kashmir দা চৎহনবীয়ু।

সি, ও - ফরে নহাক্লবু য়ারবদি করিস্থ কায়দেদা ঐখোয়গী মী রাংকদ্রা তৌবনি।

অজিৎ— অদুদি সাহেপ ঐ অমুক থোকচবা য়ারগদ্রা ?

সি, ও— Ok. Ajit, Best of luck.

অজিৎ - O. K. Good Bye Sir.

অজিৎ হরাও হরাওনা প্রামেসকী মনাক্তা লাকই।

প্রামেস— চংবীরকউ মরুপ, মুংশানগা শাবনে Duty হল্লকপদা ঙাইরিব্রা ?

অজিৎ—উম হল্লকপগা নওগী পাউ অমা তম্বীগে চংলকপনি।
প্রামেস—সে হৈ মহিসে অমুক্তা হান্না পায়বীযু।
অজিৎ—প্রামেস নওগী ছুটিদো য়ারবনি নুমিং ১৫ গী ওইরমানে।
প্রামেস—অওইবগীরনে ?
অজিৎ উম ঐনা নওগী চংনবা Warrant ফাওবা পুবকলবনি।
প্রামেস—কদায় মকপ,—
অজিৎ—সে শিদা লৈবে।
প্রামেস—মরুপকী তোবিমল পুন্সিদা কাওজরোই।
অজিৎ নহাক চংনবা তৌবো থেংখিনি।
প্রামেস—অতুদি ঐহাক চংনবা লোয়শিল্লগে।
অজিৎ—ঐস্সু ফি হোংলুখিগে' নও লোযশিল্লমউ —
প্রামেস—যনি মকপ।

প্রামেস হবাও, হবাও লম্বীদা শেংনবা ফিবোল খবা হাপ-চিল্লগা অজিৎ ওাইবি। অজিৎস্সু মফি শেংতুনা প্রামেসপু থিন্দোকপা লাকলে।

অজিৎ সে মকপ ইমাগী নায়ংবদা মতেং ওইযু।
প্রামেস—য়াবেদা অস্সুক রানা হোৎনবীবিসিদা অমুক্কা শেলস্সু,—
অজিৎ—নত্তে, মকপ লান্না লৌগনু অনাবা হায়বাসদি তম্বা ওম্বা নত্তে শেলগী কান্নবা য়াম্না লাকনি।

প্রামেস—ফবে মকপ পায়শিল্লগে কোন্না অমুক মরুপকী মতেং পাংজবা হায়বতুনি।

অজিং য়ুম য়ৌবগা চিঠি থারকউকো ইমাখোয়গী ফিভমদো
অদুগা অমনা মেনাকাদো মরাইবক থীবিনি লুনা তৌবীয়ু।

প্রামেস—মরূপকী য়াথং ঙিক্কোকচরোই।

অজিং—অরোইবা ওইনা মরূপ লাইবক ফবা ওইয়ুকো, শোয়দা
ঙামদনা য়ুম য়ৌরো।

প্রামেস—খুৎতু অমুক্তা শোকচগে।

অমুম্না অজিংকী খুৎতু শোক্তরমলগা প্রামেস Train
তোংহুনা চংখ্রে। অজিংসু মহাকী লৈফমদা হলক্লে।

নুমিং কয়ানি হৌখ্রে মরূপ প্রামেসকী মপাও তাখিদ্রে।
শোমদনা অজিং Kashmir দা চংনবা শেম শারি। চংলমদাই
মীকুপ খুদিং ফাওবা প্রামেসকী চিঠিতবু খৌরাংনা ঙাইজরমই।

Captain অজিং Major ওইনা Company অমা
লুচিংহুনা Kashmir গীদমক থোংশানখ্রে।

Kashmir য়ৌরবা মতুংদা নুমিং মরি মঙাদি য়াম্না মিং-না
শিংনা লৈখি। অদুবু তরুক্তি শুবা নুমিংকী নোংয়াইচবুক্তা
অজিংকী কেম্পতা য়েন্নবশিংনা লোন্না লান্দারকখি। অজিং
য়াওনা জারান ৬ কা শিরে অদুগা খরনা শাথিনা শোকখি।

অদুগা শোমদনা প্রামেসনা ময়ুম য়ৌরকপদা নুংশিরবা মমাগী
মাইথোং উজবদি ফংহৌদ্রে মাঙ্গোন্দা থেংলমলিবা লোনথোক্রবা
ফোটো য়েংজবা নত্তনা উপাই লৈখিদে। লৈকাইগী অহল
লমনশিংনা প্রামেসপু নুংশিনা শোন্নৈ। মেনাকা অমদি অশা

রা ঙাংজদে প্রামেসপু উরগা তত্তনা কপচৈ। প্রামেস হায়ফম থংদে অজিৎতা চিঠি ইরক্কনি হায়রম্বনি অদুবু ময়ুমগী ফিভমসিদা চিঠি ইবগী রাখল চংদ্রে। কোন্না পাউ তমলগে থন্দুনা মমাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মা পাংথোক্লবা হোৎনরি।

মরকসিদা **Kashmir** গী ইরাংদা **Major** অমা য়াওনা **Jawan** তরুক শিংগে থরনা শোতুন্না হোৎপিতালদা কন্না লাইকর্ম্মর শিরিবা অমদি অশোকপশিংদু মশক মমিং অমত্তা ইরক্তে পেপরগী অতেনবা পাউ ওইবনা। পেপরগী পাউসে পারগা প্রামেস মহাক্কী লৈফমদা অমুক হন্না চৎনিংখিদ্রে। অদুবু মরুপ অজিৎনা ঙাইরম-লগনি খনবদা মমাগী থৌরম পুন্নমক পাংথোক্লমলগা মনিপুর অমদি মহাক্কী যুপী মেনাকা মচন অশা, থাদোক্লমদুনা মহাক্কী লৈফমদুদা লাক্লে। প্রমেসনা য়োরকপদা তৌরমলিবা, থৌদোক্তি লৈখিদ্রবা **Jawan** শিং অমদি **Major Ajit** কী মোংফমদা লৈ কৎপগী থৌরম অমা পাংথোক্লমই।

প্রমেস মুশিরবা মরুপ্পা ঙাইরমগনি থম্মোয়নুংগী রা পুম্বা তমলগে লাকপনি, অদুবু তৌরমলিবা থৌদোকসে য়াম্না ঙক্লা থোক্লে। তোর্ব্বান অমদনা মমা কায়নবগী মৈচাক অদুগা তোর্ব্বান অমদনা মরুপ কায়নবগী অরাবা করম্নবু হিংগনি সংসারগী ঈপাকসিদা। সংসার পুম্বা তায়োন্নবগুম ফুম্বংনরবা রাখলগা লোয়ননা তৌফম খাওদমথৈ খওজদুনা কনাদবু নিজরগা কনাদবু তমথোকচরগা কোক্কনি। প্রামেসকী থম্মোয় মৈচাকসে গঙ্গা তুরেলদবু লুপলগা কোকদ্রা য়েক্লবশিংবু তুম্নবা হাৎচরগা

ইংগন্রা ? লমুক্করবা প্রামেসকী পুন্সিনা অজিংকী মোংফম তমনা তপ্পা. তপ্পা চংশিল্লতুনা লৈরাং খুজোক অমতং খুদোল তমজরি । উপাই লৈজদ্রবা প্রামেসকী মীৎলু অনিগী পীরাং মরিক মরিক্কা অজিংকী মোংফমদা তর্পন কৎচতুনা মচিন্দ অস্নুম্না শোনজৈ, — নুংশিরবা মরুপ থাপলবা ইরমদম মনিপুর থাদোরক্কুনা কনাস্নু খংবিদ্রবা মফমসিদা ঙসিদি অতিয়াগী ধ্রুবা তারাগুম নদোম চিক্কা লৈহৌরোকো ... ...।

প্রামেস অস্নুম্না হায়রমল্লগা অজিংকী মোংফমবু তুংওইননা থম্বীরমই —।

মথা পার্ট টু দা অমুক য়েংলসি।

# তোর্বান ৱাংমা ৱাংমা

## ২শুবা শরুক

### অহৌবা

প্রামেসনা তুংওইননা থম্বীরমলবা অজিৎকী মোংফমসে মীয়াম্না কৎচরম্বা লৈরাংশিংতনা কুপলহনা (Param Vir chakra) 'পরম বীর চক্র' পদক অসিগা লোয়ননা মরৈবাক্কীদমক্তা থরায় কৎচগ্রবা অথৌবা লাম্মীশিংগী মরক্তা নিংশিংনিংঙাই ওইনা নিংশিং-খুভমসিদা মনিং তম্না লৈজহৌয়ে —।

প্রামেসম্বু তপ্না তপ্না লাকপদগী মহাক্কী কার্টর য়ৌরহনা ওহাক পোত্থাজরিঙৈ তাঙ্গাশিদা জৱান অমা চংলকই মমিংনা দয়ারাম কৌই। দয়ারাম প্রামেসকী মনাক্তা চংশিন্নকুমা আর্মিগী হৌনবী মতুংইন্না সেলুট তৌরগা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা অম্বুম্না হায়রকই, দয়ারাম— সার আপকো Colonel সহাপনে অভি আনেকে য়াদ কিয়া। (সারবু Colonel সহাপনা হৌজিকমক লাক্নবগী নিংশিং-বীরকই)

প্রামেস — অচ্ছা থীকহে তুম চল্লেজানা মৈং জলদি আউংগা—।

(ফরে নঙ চৎলমলো ঐ থুনা লাক্লগে)

অম্বুম্না খুমগ্রবা মতুংদা প্রামেস থীনথবা তৌদনা Colonel সহাপকী মনাক্তা লাকলি Colonel স্বু মাগী কা মন্থুংগী চৌক্রিহদা ফমলহনা হেডক্বার্টরদগী থাম্নকপা ট্রান্সফর ওর্দর লিসতো টেবলদা থমলহনা পারী। প্রামেসনা থোংজিন্দা সেলুট তৌরগা মটিন্দা

"নমস্কার সহাপ হায়রকই ' Colonel শু নমস্কার মেজর নমস্কার হায়না খুমলকই অদুগা প্রামেসনা মথা তানা হায়জরব ই, —

প্রামেস—সার আপনে মুঝে অভি আনেকে য়াদ কিয়া ?

( সারনা ঐবু হৌজিক লাকুবগী নিংাশংবীব্রা ? )

Colonel হা মেজর এক জরুরি বাট হৈং ( হোয় মেজর অথুবা বা অমা লৈরে )

প্রামেস—বটাদিজিয়ে কিয়া জরুরি হৈং সার ?

( তাকপীয়ু সার করি অথুবা লৈরব্গে ? )

Colonel—কিয়া বটাউং, কৈসে বটায়েগা য়ে দেখে হেডক্কার্টরসে অয়া হৈ।

( করি হায়গনি করমবু হায়গদবনো মসি য়েংলো হেডক্কার্টবদগী লাকপনি।

প্রামেস ওর্দর লিসতো লৌরগা তুমিন্না পাজরি। পাবা লোইরবা মতুংদা অমুম্না মথা তানা হায়জবকই, —

প্রামেস— কিয়া করে সার ওর্দর হেতো জানা পরেগা।

( করি তৌগনি সার ওর্দর ওইরবনিনা চৎপা তারেদনা।

Colonel—অচছা মেজর আপ জানেকে তয়ার কিজিয়ে।

( করে মেজর চৎনবগীদমক শেম শাবীরো )

প্রামেস—হা সার মৈং জানেকেলিয়ে তয়ার হুং।

( হোয় সার ঐ চৎনবগীদমক শেম শাজরে )

Colonel—শুক্রিয়া মেজর আপকী যাত্রা শুখদয়ী হো।

( থুগাইরে মেজর অদোমগী খোংচৎসে মঙ্গোল ওইয়ুকো।

প্রামেস —Thank you Sir, Now Permit me to go.

Colonel—Ok good bye. Best of luck.

প্রামেস Good bye Sir,

Colonel—Bye, Bye.

লাম্মীগী পুন্সি হাৱবসিদি লোয়নজরম্বা তিম্নজৱম্বা কয়ানি অতুগা কায়নথিবা অমদি কায়নগদৌবা অমসুং কাম্নরিবা কয়ানি। অসুম্না ওদ'রগী মতুংইম্না মেজর প্রামেস কাশ্মীরগীদমক থোং-শাল্লকলি।

লুমিদাংগী মতমনি অহিংগী অচিকপা অতিয়াদা মনিং তম্না লেপ্পা নৈতনা চৎচরিবা থাজগী খোংচৎপু কদায়দা চৎলিবনো হায়-বসে তাইবং মালেমসিদা লৈরিবা অচৎ চত্তা জীবশিংনা খংবীদে অতুগা নোংমতসু কদায়দা চৎলিবনো হায়নসু হংবীদে। পঙ্গুংফম নাইত্রবা থাজ মহাক্কী খোংচৎকুম ত্রেন মন্নুংদা তোংহনা চৎলিবা প্রামেস থোংনাও হাংদোকচন্থনা থাজগী মাইথোংবু য়েংলৈ। লমহাংগী ভামলবা মচি মচিদা হৌরিবা উ ৱাগী খুঙংশিংবু উরগা মরমদম পোক্লফমবু তত্তনা নিংশিংজরি।

অমুকসু মতোমতা হংজরি থরায়না হকচাংদা লৈরিম্খৈ পুন্সি কৌবা মতমসিদা মহৌশাগী খোংচৎকা লোয়নজরিবী মতমগী লাই-রেম্বীসিনা থরায় হকচাংবু কদায়দা থুংহনবীগদৌরিবা ?

করিগুম্বদসু অসুম্না থনজরি কাশ্মীরগী ইরাংদা মহাক্না লৈখিদবা থোক্কলবদি মহাক্কী মেনকা অমদি মচনহুপী আশানা কমদোহৌরা অতুগা করম্বা পুন্সি মরেলদা হিংহৌগদৌরিবা ? খঞ্জরুবদা অরাবনা

লাকহৎলবা পুক্লিং লাংতক্লবগা লোয়ননা চমন্নবা বাখলগী ফম্পাক্তা ময়লান কয়া মংহুনা লেপ্তবা ত্রেনগী খোংচক্তুনা পুবীগ্নি।

লেপ্তবা মতমগী খোংচংকা ইরোইননা লাকপদগী কাশ্মীর যৌরক্লে কাশ্মীর যৌরক্লবা মত্তুংসিদদি প্রামেস য়াম্না চেকশিন্না মিকুপ নাহুম শিংনা মথৌ নীংথিনা তৌজরি অহুগা মমুমদদি ঈ-পাও অমত্তা থং-হনখিত্রে মরমদি হুপী ভাক্তা লৈবা ইমুং গুইবনিনা অসিগুম্বা ইরাং ফত্তবা মফমসিদা লৈরে তাবদা হুভাইখিরোই খজ্জহুনা খঙহন-খিদবনি।

করিগুম্বা মতমদনা মহাক্কী মরূপ অজিংনা লৈখিদবা মফম্নদো য়েংজহুনা থম্মোয়ন্নুংদা খঞ্জে মরূপকী লমন শিংজবগা লোয়ননা ইমা লৈবাক্কীদমক য়াইফবা পুরকপা ভম্বগী শক্তি শীনবীয় হায়না ঈশ্বরদা থুরুমজবগা লোয়ননা থম্মোয়ন্নুংদা তত্তুনা শোঞ্জে মহুদি মৈনা শীংশিংবু তুম্নবা চাকথেকপীহুনা উৎ ভলহনবগুম হিংন্নবা পুন্সিগী লানফমদা য়েক্লবশিংবু তুম্নবা হাংতুনা লানভম ফিরাল থেৎচবা ভম্বগী শক্তিতবু নিজহুনা ভসিদগী থৌনা ফবা অমা ওইবগী মতিক মগুলদো থবক ওইনা উৎথোকলগে খঞ্জরি।

মীওইবগী মাংদা মিৎ অনিখক্তা পানবনিনা মাংদা লৈবা পোত্তমক উই খঙই হায়নৈ অহুগা তুংলোমদদি মিৎ পান্দবনিন তুংলোমদা থোকপবু থংদে উদে হায়নরিবা মীওইবশিংনি অহুবু মশা মশাগী ওইজবা থিনবদা উরবম্ভু উদে থংলবম্ভু থংদে অহুগা উদ্রবম্ভ উই থংদ্রবম্ভ থংই হায়নবম্ভু কয়ানি। অসিগুম্নবা সংসারসিদা লৈরিব

মীওইবশিংসিগী মরক্তা হিংজরবা মেজর, অজিৎ হায়বসি পুম্নমক্তগী পূমতোপ তোপ্পী হায়বদি মশাগী ওইজবা থীজব্রবা শাবী শাও নৌগী সুংশিবা হায়বা লপীদা খোংদাজখিত্রবা অমদি মমা লৈবাকপু সুংশিজবগা লোয়ননা ঙাকচশেনজবতনা মথৌনি খমজখিবা অথৌবা লাম্মী অমনি। মহাক্না লৈখিদবসে পুকচেল শেংজবা থৌনা ফবা লাম্মীশিংগীদি অচৌবা অমাংবনি অহুবু অসিঙবা অজিংকীদমক্তা ঙসিফাওবা থম্মোয় শোক্না তেংথাবীবা কনাবু লৈরিবগেনে !

মশা মশ গী ওইজবতা থীনরিবা ঙসিগী তাইবং সংসারসিদা মীয়ামসিগী মরক্তা অজিংকী পুন্সিনা নৌহৌনা তোর্বান অনি শেমখিবা শ্রীলঙ্কাদা ( Srilanka ) লৈরিবা মপাবুং স্নুবিডার মেজর মোহোন অমদি মনিপুরদা লৈরিবী মমা পোক্তবী চান্দনি অনিথকসিতনদি অজিংকীদমক লোন্না লোন্না থম্মোয়নুংদা তেংথাজৈ। মোহোন মচাগী পাউ পুম্নমক তারে খংলে অহুবু ময়মদা থোকপগী মতম ফংদে মরমদি হশামকস্থু আর্মি ওইরিবনিনা মথৌনা পুন্দুনা থম্বীরি। লমদমসিগী লালহৌবশিংগী ইরাং নমথনবা হোংনবদা ময়ুম থোক্তবসে চহি তরেৎ নিপাল হেনখ্রে। উপাই লৈত্রবা মোহোন করি করিগুম্বদা মহাক্কী সুপী অঙাংশিংবু ফোতোদা য়েংজবা অমদি লালহৌবশিংগী ইরাং নমথনবা হোংনজবনা মহাক্কী মরুওইবা মথৌনি। অমরোমদনা চান্দনিনা অজিংপু পোকপীত্রবস্থু অহানবা ফংজবা মচানি খনজহুনা মপুকথোক্কী মচাশিংদগী হেন্না লুনা নিংজৈ মরমদি পুন্সিগী অরা লুঙাই পুম্নমকপু অজিং মহাক্না

তাইশিন্নবীথিবনি খল্লুবদা চান্দনি হৌখিবা পুন্সিগী কাওওমজ্রবা থৌদোকশিংদো ঙসি অমুক নৌহৌনা নিংশিংজরি- ।

পাখং লৈশাবী ওইরিঙৈদা মোহোনগী মুংশিবদা থরায় হকচাং পাম্মুবা লৈত্তনা কৎথোকপ্রবী চান্দনিনি। মোহোনস্থ মমা মপাগী মতোমক্তা পোকচবনি য়াম্না লুনা তৌজৈ সবকারগী থবক মচ অম-ম্তা তৌজগে হায়না লৈজরি। মমাংঙৈ মতমদা চান্দনিগী মপাগা মোহোনগী মপাগা মুঙাইনখিদে মরমদি যবনগী মতমদা চান্দনিগী মমাদো মোহোনগী মপাগা য়াম্না মুংশিনজবনি অহুবু চান্দনিগী মপাহুনা ইনাকখুল্লি মতাগুম ফাহুনা লৌখিবনি অহুনা চান্দনি অমদি মোহোন অস্নক্কী মতিক মুংশিনজরবস্থ অহল লম্মনবা য়ানদে মতমগী মতুংইন্না মমা মপাগী য়াথং তুংইন্না .মোহোন বালা কৌবী চান্দনিগী য়ুমথংনবদা লৈ গী চান্দনিগী মমাগ্রবীদো লুহোংখি।

চান্দনি অহিং মুংশিল বয়া পান্থৌগী সঙ্গাবমুং নিঙোল কাহুদা রারক চেংপা পান্থৌগী য়াথং তুংইন্না মমিং তমহনবীত্রবী পোনমুংগী পোম্বীগুমথম্বীখি। চান্দনিনা মোহোনবুদি রারোবা মুঙাইতবা তৌখিদে মরমদি মহাক্কী মকমদা মোহোনদা য়ুমবাল্লসি হায়না কয়ারক হায়প্রবনি অহুবু অহলশিংগী মতৌসিদ চান্দনি হরাও রাও য়াবা ঙমখিদে মরমদি ময়ুমদস্থ মমা মপানা অমুক চংহল্লরোই অহু-গা মোহোনগী মমা মপানা থীনা তৌবিগনি খল্লুবদা মোহোননা হায়রবা পুন্নমক্তো য়ানিংলবস্থ য়াবা ঙমখিদে —।

চান্দনিগী থম্মোয়দদি থনজৈ পুন্সিসে মোহোনগীদমক কৎথোক-প্রবনি অহুনা মোহোনগী অরা অনা কয়াদা লাপ্না তেংবাংজগে

অদুগা পুন্সিংপ্রো লৈমলানবা কনাগী মফমদা য়ুম পান্নরোই হায়না নাংজদুনা মোহোনগী পুন্সিবু লাপতক্লা শেম্নজরকখি।

লুহোংলবা মতুং থা অনি শুরক্লবদা মোহোনগী মপাদো চীংদা থবক শুবা চংখি। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মপাদো চীংদা উ হাপ্লদা উনা নন্দুনা শিরে হায়না পুথোরকপহৌদা মপুরোইববু কোন্দু-না বঙ্গদগী মমাদুসু অদুম হোগংলক্তদুনা লৈখিরে। মপাগী কর্ম্ম পুন্নমক লোয়খ্রবদা মোহোন, বালাগা লোয়ননা য়াম্না চীক্লা লৈজে। সরকারগী থবক ঙাইরিবৈদা চাদবনা শিরগনি খল্লদুনা অঙাংশিং প্রাইভেত তম্বা তোক্‌থোক্তুনা নোংমগী শেল ফংনবা থবক থী থীদু-না শুবা চংলি। অসুম্না লৈরকপসিদা মতম খরগী মনুংদা নোংমা আনিগী ইন্টরভিয়ু য়াওরুবদা খল্লক্তুনা শিল্লোংদা Training চং-কদোরে অদুনা বালাবু মতম খরা মপামদা লৈরম্নবা শিন্নরমলগা শিলোংদা Training চংব্রে। বালাসু মপামদা হরাও হরাও লৈজ-হোই। মপুরোইবনা মীকুপ অমা থাদোকপীরবদা সংসার পুম্বা পুম্নম-ম্বাগুম নিংজৈ। করি করিগুম্বদসু মপুরোইবনা Training লোয়গ-দবা মতমদুবু খুং থেক্তুনা নুমিৎ মশিং পাজরি।

মোহোনসু Training কম্না চংথরি মরক মরক্তসু চিঠি ইদুনা বালাগী মফমদা থাজরকই। নোংমা নোংমা হৌখিবনা বালা থা শুরক্তুনা অঙাং উনবগী নুমিৎতুমক্তদা মখুক থোক্লী মচাবু মতম-পাক্লা পমজরগা থোমলাং ঈরিক অমফাওবা ইনজবা ঙমদা শজিক থাবা তুংইন্দুনা তাইবং মালেম থাদোকপ্রবী বালাগী শকফমদো মপুরোইবা মোহোন ফাওবনা উবা ফংখিদে। মোহোন্না Training

লোয়রতুনা ছুতি থোরকপদা ময়ুমদো থোং লোন্দুনা অতুম লৈরম্মী। থীনথবা তৌদনা বালাগী মপামদা লাকচৈ ময়ুম য়ৌরকপদদি বাল্‌া লৈথিদবসে থা অমি ফাররলে। বালানা থম্বীরম্বা পুন্সিগী খুদোন্দুবু পমজরগা অরংপা লৈত্রবা মীংলু পীরাংতুনা ফেপ্পা লৈতনা শিন্থা- জরিডৈদা নাকল অমরোমদা চান্দনি লেপতুনা লৈরম্মী। বালাগী মমা মপানা হৌজিক্তি মপা লাকলবনিনা মচাদো পুজপ্রো হ মনা তাকপীরকই উপাই লৈত্রবা মোহোম পীক্লিবা মচাতুগা লোয়নলা ময়ুমদা চংচথি অসিগুম্লবা অরাবগী চৈ্থংনা পনদোম লোমংবা মোহোমগী মতৌ উরগা, থংলগা চান্দনিগী থম্মোয়মনা লৈত্তোনা লৈড- মদে। মোহোম্না থম্মোয় শোক্না অরাবগী চৈথেং ফংজবনি অতুগা পী- রাংনা চান্দনিগী থম্মোয়মুংগী পাউখোং ওইনা মীংলুদগী শিন্থজবনি। মখোংমা থোংনা মোহোমগী ময়ুমদা লাকচরতুনা পীক্লিবা অভাংতুগীদ- ইনৌ নৌনা তোৰ্বান অনি শেম্মিয়তুনা পুন্সিগী ওইবা অৰা মুভাই ঈচে লদো চেম্থহন্দুনা হিংমিন্নরসি হায়জখি। মুমিংতুদগী অভাংতুবু মখোয়- মিনা অজিং হায়মা কৌখি্তুনা মখোয়নিমী তোৰ্বানবু ত.ইগ্িয়িং ঈচেল অমগুম নিংজতুনা গুাকচা শেগ্রনবগীদমক অয়েপ্পা থমনখি।

চান্দনিগী মমা মপানদি চান্দনিবু মপামদা চংহনখিদ্রে অং:গা মোহোনগী লৈকাইনদি চান্দনিবু মুংশিনা শোন্নবগা লে মননা লৈ- কাইগী অহল লম্মনশিংনা মীতৈগী চংমবী মতুং ইন্না লাইতিনগী থৌরম অমদি পুন্সি লৈপুলগী থৌরমশিংদো পাংথোকপীতুনা পুন্সিগী লৈপুল শেম্বীরম্বা মতুংদা মপুম্বোইবগী পোসতিং কয়াদা তুংইনজরক্তু মা মপুক থোক্নী মচা মুসিল অমদি বিমিতাম্থ মতমচানা ফংজরবদ

অজিৎকা লোয়ননা শুনা চান্না তৌহুনা হিংমিন্নজয়কই মতম মতুং ইন্না মপানা Delhi দা লাইরিক তমহনখিবদগী মার্কুরকা লোয়ননা মাওকোন্নরকখিবা অজিৎতো মীৎয়েংগী মাংমদা অমুম লৈখিবহুগী ওসিদি পুন্সিগী ওইনা উবা ফংখিদবসিদা নিংশিং নিংশিং কপচরি।

শুসিল অমদি বিনিতাসু অহুমগাই অজিৎসে ময়াম্বা পোক-মিন্নদবনি হান্নজবগী মানি অহুবু মচিন মনাও ওইবগী বেবহার নোং-মতা কাইনজরকখিদে অহুবু খঙহৌদবা থৌদোকসিনা মচিন মনাও ওইবগী কীশিদো নানথোক্নুনা শমজিন্নবা ঙমখিদ্রবা পুকলিগী লংলা তৎগ্রবা তেলঙ্গাগুম হাংলবা অতিয়াগী মালংদা লমথুংফম লৈত তপ্না তপ্না লাপথোকখিহুনা উবা ফংখিদবগুম ময়াম্বগী পুন্সিনা অরোইবা ওইখিবসিদা মপোকসিমগী অরোইবা ওইরে থনজহুনা থীংও-মত্রবা মীৎলু পীরাং মরিক মরিক্না ময়াম্বগীদমক মীৎকী তর্পন কৎচৈ।

তৌফম থোকপা কর্ম্ম পুন্নমক লোইগ্রবা মতুংদা মতম থরদি ইমুংদো তুফক–তুফাই ইচন-চন্না লৈনরকই অহুবু নোংমা নোংমা হৌখিহুনা হৌভি ক্তি থরা শাফরকলে।

মনিপুর তম্পাক্কী ইম্ফাল ময়োলগী থা থংবা শরুক্কা কাঞ্চিপুর চীংয়াগীদি অৱাংলোম থংবা লমদমসিদা লৈহৌরবী মেমাকা অমদি আশাদো মমা লৈখিদবগী রাখলদা লমজিংফম থংদবগুম মতম থরা কঙাওনরিঙৈ মরকসিদা মেনাকাগী মমা : পা অমদি মনাওহুগী কয়ানা মখোয়বু য়েংশিনবীহুনা লৈমিন্নজরি।

অসুম্না লৈরকপনা নোংমা নোংমগী অৱা মৈচাক্তা থরদি কোকচরে আশাসু Manipur University গী Manipuri Dept. তা M. A. অহানবা চহিগী মীংচনজরে। মেনকাসু অশংবা মতমদা আশাগা লোয়নহুনা ইথোলদা মনা মংশিং অমদি মখল মথা কয়াগী লৈরাং চারাসু গমলাদা থাজে।

মেনকানা লৈশারিঙৈ মতমদদি ইম্রাবু য়াম্না সুংশিজরকখিবনি ইম্রাগী ৱাখলদা মীমান্নত্রবী অমগুম্নসু খজরকখিনি অহুবু মমা মপাগী য়াথং তুংইন্দুনা ময়ুম পাল্লকলবা মতুংসিদদি প্রামেসনা মহাক্কী অশেংবা মপুয়োইবনি হায়না খনজহুনা ইম্রাগী ৱাখলবু লাপ্না থমনবা হোৎনজৈ অহুবু সুংশিবদি মুৎপা নাইদে আত্মাদগী থোরকপনি ময়ম-সিনা মেনকানা ইম্রাগী ৱাখলদা কঙাওনরিবনি। পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বনা শেমখিবা সুংশিবদি কুইবা য়াদে অহুগা মহুনা অশেংবা সুংশিবসু ওইবা য়াদে। সুংশিবা হায়বসিদি খুৎলাইনা ককপা অমদি মাংহনবা ঙমদে, অহুগা মীৱাগী মৈ, ঈশিং সুংশিংনা চাকথেকপা, চোংহনবা অমদি কংহনবসু ঙমদে।

সুংশিবা হায়বসে ঈশ্বরগী শেংলবা খুদোলনি মসিনা মীওইবত নত্তনা থৱায় পানবা জীবা খুদিংমক্কী আম্মাবু জয় তৌরিবনি হায়বসে মশাগী অপাম্বতবু ফংলগা লোয়রে খনজবা খনজবী পুকচেল পীক-লবশিংনদি থংবা ঙমলোয়।

প্রকৃতিগী ফজববু পামজবা সুংশিজবা কনানা অচিকপদ মদোম ফমজহুনা মংলান কয়া মংজবসে ঈশ্বরনা তম্বীবনি। ময়ান কুপলবা তাইবংগী সংসারসিদা মীওইবশিংতা নত্তনা থৱায় পানব

অচৎ-চত্তা জীবশিংগী পুন্সিবু পুন্দুনা থৱীৱিবগুম সমাজগী হৌনবী মীওইবগী লৈতেং ওইৱিবা অরং অরাক্কী চৎনবীনা হকচাংগী ইন্দ্রিয়-শিং অমদি পুক্কিংগী অপাম্বদা লুপলবা কল্লকচাওবা কনাগী থম্মোয়বু পুনশিনবীতুনা ইথক্কী ঈরাংদা মথুম মরাং হৌহনবীবা ঙহাক্তনি। ঘবনগী মতমদা মুংশিববু করিনো হায়বসে খংলবস্থু মুংশিবগী অর্থ অমদি মুংশিবা করিনো হায়বসে ময়েক শেংনা শম্নোক্না তাকথোক্লবা হোৎনবদাকয়াগী মতিক লুনা থোকই অতুগা থৱায় পানবশিংনা মুং-শিবা হায়বসে খংদত্রা হায়বদি নত্তে খংই ক্ষোংদোকপা তাকথোকপা ঙমদবগী ৱাশি অস্থুম তৌনা মুংশিবগী ঈপাক্তা ইন্দ্রাগা তাওথমিন্ন-জরকথিবী মেনকাসে ঙসিস্থু ইন্দ্রাগী ৱাখলদা থাশি থানৌ হৌবগুম নিংশিংলকপা মীকুপসিদা তৌগদবা মথৌ পুন্নমক কাওথোকচতুনা মশানা মশাবু মশক খংজদবগুম ইন্দ্রাগী মুংশি ৱাখলদা অমুকস্থু ইৱাক্লজে অতুবু প্রমেসনা হায়রম্বা ৱাহৈশিংদো নিংশিংতুনা ইন্দ্রাগী মুংশিববু থম্মোয়দগী লাপ্পা তাম্বোক্তে হোৎনজরি। প্রামেসনা হায়রম্বা ৱাহৈশিংদি, মুপী হায়বসি জগৎকী মাতানি হায়নৱিবনি অতুনা মতা অমদা চেনবা গুমশিংদি সত্তিত্ত, মীমুংশি কৎথোকপা অথাং কনবা অমদি পুক্কীং বুদ্ধি ৱাখলশিংবু কাথবগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্ববু খুতুম চনবনি অসিগুমলবা গুলশিংঙনা মাতা ওই ইকাই খুম্নৱিবনি অতুনা ঐনা চৎথবস্থু পুন্নমকসে কাওবা য়াদে অসিবু ঙাকচৱিবী মুপীদি অশেংবী মাতমি। অস্থুম্না হায়রম্বা ৱাহৈশিংসিনা ইন্দ্রাগী মুংশিবদা ঙহাক কণ্ডাওনরুৱবী মেনাকা মীকপ খংথোক থোকপগুম ইন্দ্রাগী ৱাখল থাদোক্লুনা ইমুংগী থবক ইথ্যাং তৌজরি।

মেয়া থাগী সমাৱৈ অমসুং পেক্রুকলৈনা ফুগাইনা লৈশাং তমজবিযা মতমনি অতুগা চীংয়া পাংবদা তায়া উৱিবা লবুক লমহাংলোমদা য়েংলবসু শংবাৱবা কৌনালক্তা মালংবগী শাহুম কংজংবদা লেং লেং চংচবা মপুম ময়ৈ ফাজরকপা ফৌগী পোমশাংনরমদাই মতমসিদা কৌনারক্তা তায়া উগ্রিবা হৈবাঙ্গোইথোংদগী কাঞ্চিপুর চীংখোঙ তাবা লম্বীসিদা মদোম চীঙা চংচরিবী মায়থোং মক্তা য়েংলুবদা পুর্নিমা থাজগুম নিংথীজবী কোয়রাঙনবী মীংস্না থম্বালনা শক্তি মীংতাবু ঙমজবীনি। চীনবান্দবু য়েংলবসু পীকংতক তৌবী ঙাতোল চীনবানবু মাল্লবীনি। শাবান্দা য়েংলে পুমবুম তৌরবা ঙারোট শাবাম্নি। কুচুবু হায়রে পুল্লে কুচুগুম ঙাংতক তৌরিবীনি। মরেপকা মঙানগা য়েংনবরসু মরেপনা ঙমতক লৈরবী ফুট মঙা মখায় ৱাংলবীনি। মাঙলোমদা য়েংলে অৱাংপা লৈত্রবীনি তুংলোমদা উরে মুরবা শমলাংহুনা চেংতক তৌবী খ্বাংহুদা জম জম য়ৈজরিবী মীতৈচম্লুগী ফিজেং শেংচহুনা লাকচরিবী আশাদো অথংবশিংসিনদি লোননা লোননা য়েংজৈ অতুগা থংদবা অমুক্তা উগ্রিবশিংনদি হেক উকখদা মুজা নঙবু কনানো হায়না থম্মোয়দা হংনরিবা আশাদী শক্তমনি।

সুমাং মতোন্দা হৌজরিবী কোরৌহনবগী মাইকৈঙবু য়েংজগে মতাগুম মাইগৈ শিনবা থুংনা ওনশন ওনশন্দুনা শাংচরিবী মুখিংলৈ কৌবী লৈৱাংসে কয়াদা নিংথীজগ্রবা অসিগুম্বা লৈরাংশিংতনা নিংথীহনবীরবা ইখোলসিদা হৌজরিবা মখল মথেলগী এঙ্গাং পামবীশিংগী মরক্তা শংবান্নবী ঙৌতক ঙৌতক তান্নবা মচুশিংগী পীকতক

পীকতক তৌরবা কোবী পাম্বীশিংনা অমুক্তা হেন্না ফজহনবীরিবা ঈঙ্খোলনি। কোয়ৌহনবনা ব্বাতোন উতোল ময়া পক্লকলবা নোংচুপ চীংয়া য়োরক্কদৌরবা কোরৌহনবগী মশেক্কা ঙাংতক তৌরকলবসিদা মেনকা মখুৎতা কোল লিক পায়রদুনা কোবী পাম্বীশিংদুবু ঈশিং চায়জরি। আশাসু University দগী হল্লক্কুনা গেট হাংদোক্লগা ময়ুমদা চংজরকই। মনম্মনা ঈশিং চায়দুনা লৈরম্বদুদা মনাক্তা চংশিনজদুনা মতেং পাংজগে তৌজরি।

আশা—ইনম্মা ব্বারমঙ্গনি ঈশিংদো ঐ চায়রগে পোথাবীয়ো।

মেনকা—ব্বাঙ্কেদা নফী নয়োলহুম হোংদোকচক্লদা।

আশা—ঐখোয় ইনম্মাসে ঐবু ব্বাথিনি হায়দুনা হেক্তা কনথোক-
পীবসে মাগী হৌনবী ওইরমানে।

মেনকা—নঙসিমা অস্তুম্মা হেক্কা ফগী তাহল্লি।

আশা—যগী নংচদে হো ইনম্মা ইবেম্মা পোথাবীরো হৌজিকসে পোথাবগী মতম ওইরবনি হৌজিকপু পোথাত্রবদি হোরেল্ল হুমিদাং তুমলিঙৈদা পুকহুংগীদুনা অমুক লান তৌজরকচনি।

মেনাকাদুক দুক হায়না নোকক্লগা হায়রকই।

মেনকা—হৈমা মসি, অঙাংসিদি ওনথোকপনিদা ওস্থোক্লা মঙাও খিব্রেদা।

আশাসু হি-হি হায়না নোকচদুনা খুমলকই,

আশা—মঙাও থীবা চংনদে, অদুবুয়ো য়ুমসিদা মুপা মশীং ব্বাংলিদ-
না অদুনা পোকলক্কদবসে মুপা ওইহল্লিংবগী ব্বানিদা।

মেনকা—মুপা ওইরগা কৈদৌনি মপাগী মতুং ইন্দুনা লৈবাক্কীদমক্কি হায়দুনা য়ুম থাদোক্কুনা চৎখিনিদা।

আশা—দদাদবু ইবুং ওইখিদুনা তৌবনি অদুগা মতমদুদা ঐখোয়গী ইমুংনগা লাইরবা ওইবনা দদাগী অনিংবা অপাম্বদুদা ইমানা য়েংখিদবনি। হৌজিক্কি মাল চাংস্তু মরাং কায়রে শেলগী অৱাংপস্তু লৈত্রেদনা অদুমা পোকলকদৌরিবা অঙাংসিদি ফজদা ৱারক ৱাতেম্বদুনা ঐখোয়না পামজবা অফবা লম্বীদা চৎহন্নবা শেম্বীগদবনি।

মেনকা—খঙদ্রেদা আশা মরৈবাকপু মুংশিজবা লৈবাক্কীদমক য়াইফনবা থরায় হকচাং কৎথোকচবা মীদি কনানস্ত থীংবা ঙমলোয়দা।

আশা—ইনম্মানা হায়বীরিবসিবুদি চুম্মী অদুবু ইনম্মা ঐখোয়না ইশাগী থরায় হকচাংবু মুশিজবগুম ইয়ুম, ইরমদম পোক্লাফম, মরমদমবু মুংশিজদবা ভাইবংদা কনাবু লৈরিবগে? পুম্নমকসে মুংশিজববস্তু মীওইবশিংনা মশা মশাগী ওইজবা থিনবদা লৈবাক্কীদমক অফবা তৌবা মীদি তাংনা থোকই অদুনা ইরমদম, মরমদমবু ঙাকচদুনা সেবা তৌজবসে খুৎলায় পায়বা থক্তুনা মত্তে হিবম খুদিংদা পুক্লীং চংনা থরায় হকচাংবু পাম্মুবা লৈত্তনা থবক তৌবদা ঐগী মীগী নাইদনা তৌববদি মদুস্ত মরৈবাক, ইরৈবাকপু নিংজবা অমদি মুংশিজবগীদমক সেবা তৌজবা নত্ত্রনে?

মেনকা—হোয় হোয় ইচনন লাইরিক হৈবা থরা হল্লেদনা চুমই চুমই।

আশা—খঙদেসে ইনম্মা মুপাবু ওইরবস্মু মুপীবু ওইরবস্মু পোক-
লকদৌরিবা অঙাংসে চাওরগা ডক্তর ওইহন্দবা গ্নাদেকো।

মেনকা—হোয়নে মতুদি ঐস্মু পামই হোয় হোয় ডক্তর ওইহন্নবা
ঐখোয় ময়াম চংদনা হোৎনসি।

অস্মুম্মা বারী শানা শানারতুনা ঈশিং চায়বস্মু লোইরে মুমিদাংগ্নাইরম ওইরকলতুনা ইমুংদা চংমিন্নরক্লি। মেনকাদি চাক থোংনবা শেম শারি অতুগা আশানা মফি মরোল হোংদোক্তুনা ব্রাইরম তৈজতুনা ধুপ থাওমৈ থান্নবা হোৎনজরি। শাবী শানৌ কয়াস্মু নুংশি রারী কয়া চীলোকনরুরবা তুংদা পলেম পম্ভৌগী মশাইগোল তম্না চংনথ্রে অতুগা ঈপাক কয়াদা চাকতামিনরম্বা অমদি অতিয়াদা মনিং তম্না শান্নমিনজরিবা পোম্বী চেক্লা কয়াস্মু পামেল ফৈরা অমদি মহুম মাইকৈ পাংনরকপা তাঞ্জানি।

সন্ধ্যা ওইরকলবদা ময়ুমথোং খুদিংগী ধুপ থাওমৈ কংনবা মতমনি। তাল্লকসিদা থাপতকনা লৈবা বামোন মানধপ্তা সন্ধ্যা-য়চংবগী অর্তি কৎপগী মৈরকপা কাংশি মখোলশিংনা পীকতক পীকতক তৌরবা মিরবা খোঞ্জেলদা কাং-কাং হায়না তাম্না তাম্না তারিবা মরকসিদা আশা অমদি মেনকা পুকচেল খোয়জেল তিন্ননা লৈমিন্নজরি।

মীওইবগী মপোক্তা নত্তনা শা ঙা ফাওবা কায়নবা মশীং য়ামলক্লবা অমদি তাথি তাওইনা ওৎপীতুনা হকচাং তোংশাদগী ঈথেং ঈরিক চেম্মাহনবীবতা নত্তনা থম্মোয়বু রাহনবীরবদি মরিল

লৈরম্মদবা পাংদবনি খন্নবা কয়াস্থু মশোঙ ঙ্কনগলকপা অমদি শিবা কিরক্কবা হায়বসে তাইবংপান্দা কৈরিবা জীবশিংগী হৌ-নবীনি অসিগুম্নবা মতিক মথৌনদো প্রামেসকী মফমদস্থু য়াওরি।

অঙাং ওইরিঙৈদগী মমাম্নবনা লাকচবা ঙমলক্ত্রবা প্রামেসকী মরিংজেল মথৌনাদো ঙসিস্থু কাশ্মীরসিদা য়েক্লবা কয়া কয়ানা কিনরি অমদি ঙকনা শোম্নরি।

মেজর অমা ওইনা প্রামেসকী মতিক মগুলসে শিংথানিঙাই-নি। পাইরক্কী লৌশিং লৈবা, মিংলম নারম খংবা, মিংশিং নাশিংবা হকচাং খিং খিং লাওবা শিবা কিদবা, থৌনা হন্দবা পুন্নমকসিনা লৈতেংলবা প্রামেসকী গুণনি।

নোংমা হুমিদাং অমদা চৌংথক্তা কেম্প শারগা য়েক্লবশিং লুমহুনা লৈরম্মী। প্রামেসখোয়গী পেট্রোলিং চৎলিবা গাড়ী নিপালহুগী মরক্তা বোম কয়া পোখায়হল্লকপগা লোয়নরা নোংমৈ কয়ামরুম কাপশিল্লকই অসিদা নত্তে হেন্দ গ্রেনেদ কয়া কয়া লংশিল্লকপস্থু লেপত্তে। অশোকপা কয়ানি অশিবা কয়ানি লান্মী-শিংদো মাগী মাগী মফম চাবা থি-থিহুনা থম্বায় হিংনবা অমদি য়েক্লবশিংবু মায়থিবা পীনবা হোৎরি। প্রামেস মথুক্তা মতিক চাবা খুলাই অমদি হেন্দ গ্রেনেদ কয়াগা লোয়ননা অরোনবা লম্বী থি-থিহুনা য়েক্লবশিংগী চৌংথক্তা লৈবা কেম্পতো থুগায়নবা হোৎনরক্লি। মমাংদা উবা য়েক্লবা কয়া কাপ্পুনা হাংদি নাকলদা থেংনবা তুংদা লাকপা কয়াস্থু নাথৈ নাথৈনা লোননা লোননা

হাংতোকই। য়েরুবগী খুংলাই কয়া মুন্নি অহুগা য়েরুবা মশীং যাম্বা মফমদা হেন্দ গ্রেনেদ কয়া লংশিন্দুনা য়েরুবশিংবু হাংতোক্লি। খুংলাই য়াওব্রবয়ু মখোং মখুত্তনা য়েরুবা কয়াবু মাইথিবা পীহুনা খুংলাই মুনুগা কাপ্পুনা হাংপা লেপ্তে অহুম্না য়েরুবশিংবু হাংপা লোয়রবদা প্রামেসনা ভারত মাতাগী জয় হিন্দ হায়না লাওরকই। প্রামেসকী খোঞ্জেলসি তাবদা হিংলিবা অশোকপা অমদি শোক্রবা জরানশিংহুনা হরাওহুনা বেঙ্গল খোংলকই তু—তুর—তু—তু— খোঞ্জেলসে তাবদা প্রামেস ঙাইহাক্ত তুম্মিন লেপলবা মতুংদা চীংথাদা কুমলত্তুনা মহাকী লাণ্মীশিংহুগা লোয়ননা মখোয়গী লৈফমদা হল্লকখি।

থৌদোকসিগী পাউসে Army H.Q. য়ৌরহুনা প্রামেসকী মস্তিক মথৌনাগীদমক মহাবির চক্রা হায়বা পদক অসি পীবগা লোয়ননা Colonel প্রমোসনসু পীরক্লে। অসিতা নত্তে অশোকপা অমদি অশিবা লাণ্মীশিংগী ময়ুমদা শেলসা মত্তেং কয়া পী অহুগা পীবা য়াবা প্রমোসন কয়া পীহুনা ইন্দিয়ন আর্ম্মিগী নিয়মদি থুগাইদে হায়বা অসিগুমলবা পাউসে প্রামেসনা চিঠি ইরক্লুনা ময়ুমদা থংহনক্লি।

মপুরোইবশিংনা মীকুপ অমা থাদোকপদা যুগ কয়া হৌ- প্রবগুম থয়রিবা মীওইবগী য়ুম্বাল লম্বীনি অসিগুমলবা পুন্সিদা হিংজরিবী মেনকাসে ঙসি থঙহৌদনা লাকপা চিঠিসী রারোলদা হরাও মখোই কাজরহুনা মপুরোইবনা ছুটি থোরক্নদবা মতমহুবু খৌরাংনা লাইজরি।

মীওইবা খুদিংমক মাগী মাগী হিংনবা অমদি কꞌম্নবা হোৎনবদা নোংমা নোংমাগী লাপথোক্লরকই অত্থুগা অনৌবা খোং-লোয় কয়া লোয়নবা হোৎনবা হায়বসে হৌনশানি। মীওই-বশিংসে মশা মশাগী ওইজবা থিনবদা নক্লরবস্থু ঙাংনদবা উনদবা য়েংনদবা কয়ানি নক্লপ্রফাওবদা য়েংনদবগী হৈনবী ওইবনা লাপ-থোক্লাখিবা কয়াদি কাওনফাওবা য়াꞌদবা নত্তে অত্থুবু মীওইবগী ব্রাখলনা নিংশিংলকপা মীকুপ্তদি নিঙমদনা শোয়বস্থু কয়ানি।

ইন্দ্রানা মাংপ্রবা মতুংদগীদি মক্লপ মপাং পুন্নমকস্থু লাপনথ্রে অত্থুগা মমা বিজেন্তিস্থু মগুনুগী শান্তি অমদি ইনাওচাগা লো-য়ননা অয়াম্বা মত্তমদা ময়ুমদগী হেন্দোকচদে অত্থুগা বাজেসন্তি মহাক্কী পাওনা বাজাবদা লৈবা ফিরোলগী ছুকান্দুদা অয়াম্বনা লৈ অত্থুনা মুমিং তাব তারগা ময়ুমদা লাকচৈ। অত্থুগা পুর্নিমাদি ওফিসকী থবক অমা তৌজরিবনিনা অয়াম্বদা কেবা মৌবা পামজৈ অত্থুবু মৌ অমগী মথৌ ইমুংগী থবক ইথ্রাং অমদি মপুꞌরাইবা অমসুং মনেমবোক্কী সেবা নিংথিনা তৌগনি হায়বদি কাওজদে অসুমা ইংনা চিক্লা লৈজরিবা ইমুংসিদা ব্রাৎলিবসে সুপনগী ইন্দ্রা-থক্তনি।

ইন্দ্রানা মফম খংথিদবা মতুংদা সুসিলস্থু এমঃ এঃ লোয়ন-রত্থুনা ময়ুমদা চৎপ্রবা মতুংদা সুসমিতাবু করম্না হিংলি হায়বসে সুসিলনস্থু খংথিজ্রে।

ইন্দ্রা য়াওদ্রবা পুন্সিদা সুসমিতাদি দিল্লীদা মী কুপ অমত্তা লৈনিংখিজ্রে অত্থুগা University দস্থু সুকচং চৎথিজ্রে।

নোংমা অগ্রাদা চৎতুনা অতুঙৈ ইন্দ্রা অমদি সুনিল মখোয় অহুম কমমিন্নখিবা যমুনা তোর্বানগী তাজমহল মখোংহুদা কম-হুনা যমুনা তুরেলগী ঈচেলহুতবু য়েংজহুনা মতম লেনজরিঙৈদা রাথল মণ্ডল মণ্ডল খঙ্গকুনা হোং-কোংদা লৈরিবা মথুরাখোয়গী মনাক্তা চৎলগা লৈজরুরগে নিংজরহুনা ময়ুমদা হলকলবা মতুংদা মহাক্কী ময়ুমদো Indra Guest House হায়না মীংথোনজরগা অনজলিদা শিন্নরমল্লগা দিল্লী থাদোকলমহুনা হোং-কোং মায়কৈ পাংলকখি + + + + ।

সুসমিতানা হোং কোং সেন্টেল য়োরকলবা মতুংদা মথুরাগী ময়ুম থিহুনা চংলক্লে। মথুরা অমদি ইমুংদা লৈরিবা খুদিংমক্তা সুসমিতাবু য়াম্না লুনা তৌবী। মমা মপা লৈখ্রিরবা মতুংদা দিল্লীদা মতোমতা সুম লৈবা মুংঙাইতে অমুক হন্না দিল্লীদা চংল'রাই হায়বা সুসমিতাগী রাহৈসে তাবদা মথুরা অমদি মদোমচা-না মুংঙাইজদ্রহুনা হোং কোংদা লৈনবা পুন্নমক শিনবীরবা মতুংদা মথুরাগা মদোমচাগনা মচা শক্তা থম্বীখি।

মমা মপা কায়নখ্রবা মতুংদা ইন্দ্রা অমুক কায়নখিবদগী সুসমিতাগী থম্মোয়দা অপাম্বা অমদি কল্লকপা পুন্নমক থাদোক্লগে ইচম চম্না হিংজবা পুন্সি মরেন্দা হিংজরগে খনজে। অতুঙৈ মহাক্তা পীক্লিঙৈদা মমা মপানা খুৎশম্নহুনা পুবিথিবা মফমশিংদো ঙসিদি নহৌনা অমুক মতোমত্তা চৎ-চৎতুনা য়েংজরি।

নোংমা হুমিদাংরাইরমগী মতমদা ফুমবংনরবা রাখলনা পলেপফম খংলক্লাবদা Aberdeen harbour য়োমদা লাক্লুনা

তোর্বান্দা ফমজরগা পোৎ-চৈ পুথোক পুশিন তৌরিবা হিরামশিং-ছুবু য়েংজহুনা মতম লেনজে।

নোংমনা More city sights তা লৈরিবা লমদমছুগী খ্বাইদগী লিরবা লাইশং Man Mo Temple দা চৎতুনা পুজা কয়ামরুম তৌজে। হায়রিবা লাইশংসে য়েংবদা মৈগী মুম মাল্লি অছুগা লাইশংসিদা নোংমতা মৈ মুৎতে মসিবু হেক উবদা 'অমদি মনাক চৎশিল্লুবদা থৌনা পাঙ্গল পীনবীবগুম তৌই।' লাই-শংছুদা লাইথুরুমলবা মতুংদা সুসমিতাগী থম্মোয়মুংদসু অঙকপা শক্তি অমা পীবীরক্লে মছুদি—, তাইবং মালেমসিদা হিংলিবা জীবা থুদিংমক্কী পুন্সিদা কায়নবতনা শকক্লি হায়বদি মতম মানা য়ৌরকলবদা মুংশিজগ্রবা থরায় হকচাং ফংওবা শেংনা খায়ন্দুনা চৎখিগনি অছুনা পুন্সিদা কায়নবা হায়বসে কিফম থোক্কে কনাসু কায়নদবা য়ারোই নোংমা নত্রগা নোংমা কায়নখিগদবনি। অছুনা হিংলিডৈসিদা ইশাগী ইথৌদা পুক্নীং চংনা হিংবগী কন্নাবদো সংসারদা তাকলমউ হায়রকপগা লোয়ননা মীওইবগী হকচাংবু শাবদা য়াওরিবা ইন্দ্রিয়শিং অমদি পুক্নীং হায়বসিগী অপাম্বনা লুপশিনখিছুনা থরায়গী ওইবা বুদ্ধি, লৌশিং, জ্ঞান পুন্নমকপু উফুল অমদি লৈচিলনা কুপশিনবীরবা মীংশেনগুম মীওইবগী পুন্সিদা ইন্দ্রিয়শিং অমদি পুক্নীংগী অপাম্বনা থরাম্বু শে কুহন্দুনা আত্মাবু বাইনগে হোৎনবা ফত্তে হায়বনচিংবনি।

নোংমসু Star Ferry য়োমদা চৎলুহুনা হায়রিবা মফমছুগী ফজবশিংবু য়েলেংগা মতম লেনজে। হায়রিবা মফমসে অউবা

অমদি অয়েংবা কনাগী থম্মোইবু শুক্লাৎপীরিবনি। অতিয়া মচুগী শংতক শংতক তৌরবা শংলৈ মুরৈনরবা মতমসিদা কোয়ৌহনবগী মঙালনা রাওথংনহনবীরবা মরকসিদা তাম্না য়েংখিবদা সমুদ্রগী তনিক তনিক লাওরবা শংতক শংতক তৌরবা ঈমায়সিগা শন্নখিবগুম উরবা মরকসিগী অনকপদা লৈরিবা খুৎশেমগী ফজরবা মওং মওংদা শেমহুনা শারবা রাংল রাংলবা বীলডিংশিংনসু অমুক্কা হেন্না ফজ'ল্লি অসিতা নত্তে ঈমায়হুদা লৈরিবা ঙৌবোক ঙৌরোক ঙৌরবা মশিং থীঙমদ্রবা অচৌ অচৌবা হিয়ামশিংহুবু তোর্মানদগী লেপলগা য়েংবদসু অসুক্কী মতিক নিংথিজৈ অহুগা হুমিদাংগী মতমদা হাংলবা অতিয়াগী পাক্লবা মালংদা য়াম্না তাম্না কুফেং কাফেং ঙান্না উবিয়া মশীং থীঙমদ্রবা থরানমীচাকশিংগুম পাক্লবা ঈমায়হুদা চৎলিবা লৈরিবা হিয়ামশিংহুগী মৈঙাসনা তবং তবং ঙান্না তাম্না তাম্না উরিবসিবু অতিয়াগী থরানমীচাকসু হেন্দবগুম অউবশিংগী থম্মোয়বু শুমহৎপীরিবনি। হায়রিবা মফমসে প্রকৃতিগী ফজবগা অমদি মীওইবশিংগী খুৎশেমগী ফজবগা পুন্না লৈমিন্নবগুম থন্নরিবা মফমনি।

কবিগুরুবা মতমদসু Tolo harbour বোমদা চৎতুনা Ferrybeat (খেবাহি) কয়ামসু তোংহুনা শান্নজৈ অহুগা অমরোমদনা অমুক Harbour হুগী মপান্দা চেল্লিবা Kowloon দগী Canton য়োবা Train গী লম্বীহুদা মখল, কয়াগী মীওইশিংনা তোংহুনা চংলিবশিংহুবুসু য়েংজৈ অহুগা Train লম্বীহুগী রাংমদা লৈরিবা চীংহুগী চীংমাইদা লৈরিবা ফজ ফজরবা মওংদা

শারিবা বীলডিংশিংতুগী মরক্তা Pokfulam হায়রিবা মফমদুম কুদা Chinese University গী বীলডিংস্নু উরে। মসিগী University সিদা তাকপী তম্বীবদা শীজিন্নরিবা লোলসি Chinese অমসুং English নি।

অম্মুমা লৈরকপদগী মতম কয়া ছোঝ্রে হুমিং কয়া থাবুম কয়ানি ফারক্লবা মতুংদা হায়রিবা University সিমক্তদা সুসমিতা English Dept. তা Professor ওইনা চংলে।

Professor ওইববা মতুংদগীদি University গী ক্বার্টবদা লৈহুনা মথৌ নিংথিনা তৌজরি।

নোংম University দগী হল্লক্লবা মতুংদা হুমিদাংৱাইরম Victoria Peak Garden দা ফমলুরগা হল্লক্তুনা হুমিদাংগী চরা চারবা মতুংদা নিঙাইবা লৈতনা তুঙথুল তানজবীউে মতমদা লোম্থোক্রবা ইন্দ্রাগী শকতম্না সুসমিতাগী মঙলান্দা অমুক লাক্তনা তত্তনা কায়হৌবিরি। ইন্দ্রানা মনাক্তা লেংদনা লৈরিউে নীকুপতু-মদি মঙলান্নি হায়বফাওবা কাওথাকচখি। অতুবু অরোইবদা মমি শামি তপনা তপনা লাপথোকখিবা ইন্দ্রাগী শক্তমবু উবা ফংখি দবদা কঙাওনরবী সুসমিতা মীৎলু পীরাংগা লোয়ননা ইন্দ্রা নঙবু কদাইদা চৎশিবনো ঐবু থাদোক্লমগংস্নু হায়হুনা হিক হিক কপচৈ। মীকপ থোরকপদদি মায়থোংদো পীরাংনা পুমচোং চোংলমই তুম্বা য়াজ্রহুনা থোং হাংদোক্লগা মপাল থোরকপদস্নু নিংথীজরবী থাজগী মায়থোংহুনা রাওথাংনরবা নোংগী মপৈরক্তা চংলমই অতুগা অমুকস্নু মহাকী মেংলবা মঙালহুবু মমহল্লগে মতাগুম

অমুবা নোংগী মপৈবু খি-খিছুনা চৎচরিবসে উরগা চিনবান্দা অস্থুম্না হায়জরকই, — হে চন্দ্রমা নিংখীরবী নঙস্থু ওসিদি ঐগী অরাবসে উবীররোই মতাগুম কন্নিগী রাওথাংনরবা অমদি অমুবা নোংগী মপৈ-শিংবু খি-খিছুনা চৎলিবনো ? অসিগুম্নবা সুসমিতাগী থম্মোয়দুংগী রাকংসে থাজ ক্লাম্বু খংলত্রা খংদে হন্দকমুক্তি অমুবা নোংগী মপৈ মরক্তগী লিংথোরক্তুনা রাওথাংনরবা নোং মপৈস্থু লৈত্রবা নাকলহুদা মহাক্কী শেংলবা মায়থোং অমদি ইংনা মেঙলবা মঙালহুবু সুস-মিতাগী মীংমাংদা তরুং তরুং থোকচরক্তুনা পাওথুমবীরকই,—

হে যবনগী পুন্সিদা অর মৈশা লাংলিবী সুসমিতা নহাক্না ঐবু খংত্রহুনা অহুম্না রারৌরিবনি। পুন্নমকসে ঐনা নৎতে ঐবু মাংনবা শিনবিবদি রাওথাংনরবা অপাইবা নোংগী মপৈশিংননি। অহুগা মমহনবীগে হোৎনন্নিবসিনা পুকচেল ফত্রবা অমুবা নোংগী মপৈ মপৈশিংসিননি। ঐদি ইশাগী মঙালসে কৈদৌঙৈদা মাংহনগে থক হোৎনদে কোয়্রোহনবা মাগী মখা পোন্না তাইবং মালেমসিদা ইশাগী মঙালবু তাকচরিবনি ঐগীবু করি ইরাল লৈবগে ? অসিগুম্নবা থাজগী পাউথুমসে ফংজরবদা সুসমিতা লাংতক্রম্বা অরাবা রাখল পুন্নমকতো কোক ররগুম মীৎলু পীরাং তৈথোক তৈথোক্লহুনা ইমুংদা চংজরকলগা ফমুংদা অমুক হিপথজখি ... ... ...।

মীওইবা খুদিংমক থরায়গা হকচাংগা শেংনা খায়নরকপা মতমদদি অরাবগী ঈরোলহুংদা চোংথহুনা লৈবগুম নিংনরিবনি। ঈরোলহুংদা অহানবা চোংথরকপা মতমদা মীওইবা খুদিংমক মফম ররাং খণ্ডবা অমদি তৌফম খণ্ডবা হায়বসে হৌনশানি অহুবু

ঈৱোলমুংদা কুইনা ঈরুপলক্লবদি ঈৱোলমুংগী মওং মতৌ পুম্নক থংলকই অতুগা মারবসু ৱানা খাংবা হায়বসে মীওইবশিংগী তঙাই ফদ্রবা মথৌনি। অৱা মুংঙাই অনিনা শেম্লিবা থৱাই পানবশিংগী পুন্সি অসিগুম্না চংচরিবা থাজগী .খাঙচংসু ঙসিদি অমুক নৌহৌনা থাশিগী অহিং লোয়খিতুনা থাজগী নিংথৌরবী শকফমদো নোংম নোংমগী মচেং মচেং উংগীরক্লুনা মপুং ফরবা থাজা ওইরক্ল বদা তরামঙানি পানবা মুমিংকী নিংথীজরবী পুর্নিমা থাজগী মায়থোং অমদি মেংলবা মঙালদো তাইবং শিনবা থুংনা য়ৌরক্-পগুম অৱাবতনা ঈৱাকনহনবীরুরবা ইন্দ্রাগী পুন্সিসু ঙসিদি পুর্নিমা থাজগুম মতম কুইনা থাদোকলুরবা পাস্থৌ মাগী মশাইগোলদা ইংনা চিক্লা লৈজরিবা সঙ্গায় মাঙদা মোমোন-মোমোন তৌনা চংলকই। মতমসিদা ইন্দ্রাগী য়ুমদা লৈকাইগী মচল মনেমশিংগী মরুপ (লোটরি) শান্নরমই। ইন্দ্রাবু শিঙ্গ্রে হায়না শন্নখিবনা ইমুংদা লৈরম্লিবা মমা বিজেন্তি, পুর্নিমা অমদি শান্তি অমস্তু লৈকাইগী মচে মনেম শিংনা ইন্দ্রাবু উৎদা তঙক, তঙক য়েংজে। অসিগুম্লবা চঙকনরিঙৈ সিদা ইন্দ্রোনা মমাবু হরাও হরাও ইমা হায়না কৌজরকই।

মমা অমদি ময়াম পুম্নমক্তো মতম কুইনা উরুদ্রবা ইন্দ্রাগী শকফম অমদি তাবা ফংলুদ্রবা খাঙ্গেলসে তাবদা কয়াগী মতিক হরাওনখি। অতুবু অসিগুমলবা উনবগী হৱাওরবা মীকুপসিদা মমাগী মীৎম্না অনিদা পীগী ইৱা চেল্লতুনা মচাদা ৱাহং অমা হংজে "ইমাগী ইবুঙো নঙবু অশেংবা ইন্দ্রারা? ঐগী ইচাতুদি মৱোল থোক্লতুনা Delhi দা লৈখিদবদগী ঙসিফাওবা কনানসু মাবু

নিংশিংবিদ্রবনি অহুগা ওসিনা ঐখোয় ময়ামগী মাংসিদা কয়া লেপ-লরিবা"। তাল্লকসিদা শাস্তিনা অমুক চেনশিল্লকু না ইন্দ্রাগী মাংদা লেপলগা মুননা য়েংহুনা কাকা নঙবু নহালবে কদাইদা লৈরুবগে? অমুয়া হিংলিবা রাহংসিদা ইন্দ্রা নিংঙমদবগী পীরাংনা মীৎয়া অনি-দগী ঈহৌরকুনা অরাবগী ঈপাক্তা তিঙ্করগা মহাক্কী হৌখিবা পুন্সি ঈচেলহৃগী রারী খরদো লিথোকচরকই,—

ইন্দ্রা :—ময়াম পুন্নমক্লা লাংতক্করবা ঐগী হৌখিবা পুন্সিগী রারীসে কয়ম্বু লিগনি কমদৌনবু ফোংদোক্কদবনো খঙদ্রে অহৃবু নিংশিংবা খরসে লিথোকচরগে—

ঐগী পুন্সিনা হোসপিতালদা লোনথোকখিদবা মতমহৃদা ঐগী অচুম্ববু ইনিং তম্না ফোংদোকচহুনা ঙাংবা ঙমজদ্রবদা মরুপ মপাং পুন্নমক্তগী লাপথোক্লগে হায়না ইতোমতা মফম মরাং খংদবা ফুম-বংনবা রাখলগা লোইননা থাংদোকখিবা খোংথাংহৃদা ইখোংনা পুবা মায়কৈদা থরায় হকচাং অনিস্তু তুংইন্দুনা অঙাওবগী মতোঙম অফং অফং চারগা লম্বীগী নাকলদা হৌবা উখোং কয়া অমদি সহরগী চিদাইদা লৈবা লমহাং তুমহাং কয়াদা কোয়না চত্তুনা ফমজখি অহৃতা নত্তে থুংলু থুংলুবা মফম থুদিংদা ঐগী লমথুংফম য়ারেকফম ওইখি। নোংম Qutab Minar গী মমাং থংবা Gate তগী চঙলকপদা লৈরিবা শংবান্নরবা নাপীশিংতনা লৈতেংলবা লম্পাক্তুদা মীওই কয়াস্তু ফমলি ঐস্তু ইথন্তা তুমিন মচি অমদা ফমহুনা Qutab Minar বু মতোল ফাওবা য়েংজবা তানজনি মীওই কয়া মুপী অঙাং পাথং লৈশাবী কয়াস্তু 2nd floor ফাওবদি কাহল্লি

অম্মুম্না কাৱিবা মীশিংহুবু য়েংজৱিবৈদা থঙহৌদনা লৈশাবী অমথক 1st floor দগী ভারকখি মতুবু উবমক্তুদা মাবু কঞ্জনিংবগী ৱাথলনা পাখৎপগা লোয়ননা থঙহৌদনা খোঙ্গেল থোক্লা লৈশাবী অমা ভারকলে লাওজখি। ঐগাক থুদক্তুদা হান্নগুম নিংথীনা ৱা ঙাংবা ঙমজখি। মীয়াম চেনশিন্নবা মরক্তুদা ঐস্সু চেনশিন্দুনা মঙং মতৌশিংদো হংজক্রবদা ষবনগী পুন্সিনি ক্লুংশি চাংষেং তৌবদা শোয়খিবনি হায়না মহাক্কী ম্লুংশিনবতুনা ফোংদোরকখি। মীয়ামতুগী মনাক্তা ঙহাক লৈরম্নবা মতুংদা ঐহাক D U. তম্না লাক্তুনা Hostel দা চঙলুই অতুদা চৌকিদারতুনা ঐবু মনাক্তা কৌশিল্লগা অস্মুম্না হায়রকখি—

সুসিলস্সু M.A. লোয়রতুনা মনিপুরদা চৎখিবা থা অনিয়োম শুরকলে অতুগা মেদাম সুসমিতাস্সু নঙগী হাকতক্তগী University দস্সু সুকপ্লাক লাকখিদ্রে অস্মুম্না তম্নকপদগী ঐহাক মেদামগী ময়ুমদা চৎচখি অতুগা মফমতু য়োবদদি য়ুমদো Indra Guest House হায়না মীংথোনবীরমতুনা মীওই কয়া কয়া ভরাদা থম্মীরমই। লৈরম্নিবা মীশিংতুনা ঐবু মশক খঙদে ঐনা মেডাম অমদি অঞ্জলিবু হংলুবদা মেদামদি হোং-কোংদা লৈব্রে অতুগা অঞ্জলিদি গাওদা চৎখি থুমলকই পাউথুমদো ফংলবদা ঐহাক মনিপুর থোক্লগে হায়না Old Delhi station দা লাক্তুনা লৈৱিবৈ তাঞ্জাতুদা নহালবাই ঐগা Delhi দা শান্নবা চৎমিন্নথিবা হেমন্তদো থেংনৈ।

মহাক্না ঐবু উবদা গুকই অতুবু মরমদি থংদে মহাক্না ঐবু কুদায়দা লৈবগে, কদায় চংকদোয়নো হংলকপদা ঐস্নু মহাক্নী মফমদা ব্রায়ী পুন্না লিথোক'খি অতুগা হৌজিক্না য়ুমদা চংকদোয়নি খুনখি। মহাক্না অমুক হায়রকই তামো ঐদি Army Engineer গী Training লোয়তুনা ৭ শ্রাবত্তা পোসটিং তাতুনা চংলিবনি অতুগা তামোবু শিগ্রে হায়না লৌনগ্রবনি অতুনা ইচে মেনকাস্নু ময়ুম পানথ্রে মহাক্নী নিপাদো Army Captain নি হায়রম্লগা Train চংকদোরে হায়তুনা মহাকস্নু অতুম কায়নখি। মহাক্নী ব্রাহৈশিংদো তারুবদাঐহাক্নী শাগৎচরম্বা আশাদো মমি শামলকখি অতুনা ঐহাক নিংবা কাইবা অমগুম অমুক হিংবা তাখি অতুগা য়ুমদা চংকে থল্লম্বা পুন্নমক মঙলানগুম নিংলকই। শেল থোকপা থবক অমা তৌদ্রিমখৈদি য়ুমদা চংলরোই নিংলতুনা Delhi গী মফম কয়াদা অঙাং কয়ামরুম শাম্নবা ভস্মীতুনা শেল তান্দুনা হিংখি।

অতুম তৌনা লৈরকপদগী নোংমা Air force কী pilot officer থরা লৌনবগী চাংয়েংদা মায় প ক্লক্রুনা Air force Academy Hyderbad তা Training তৌরকখি। Training দো লোয়বগা ঐখোয় থরা অমুক থনগৎতুনা Flight lieutenant কী প্রমোসন পীরতুনা Special Training অমুক মখা চংথরকখি অতুম্না চথরকখিবা Training দো হেক লোয়বগা মুমিৎ নিফুমঙানিগী ছুটি ফংতুনা ঙসি য়ুমদা য়ৌরকলিবসিনি। অস্নুম্না ইন্দ্রানা খুম্নকপা পাউখুমসে তারবদা ময়াম পুন্নমক হরাওনরি। অতুগা মমা অমদি মতৈমস্নু ইন্দ্রানা হিংলমতুনা মতিকচাবা

থবক অমা তৌবগা ময়ুমদা হল্লকপসে. অমুক থল্লুবদা কয়াগী মতিক হৱাওজৈ অদুগা ময়াম্বা ৱাজেসপুসু ছুকান্দগী কৌহল্লুৱে। মহাকসু মনাওগী পাওসে তাবদা হৱাওজৱদুনা লৈকাইদা লৈমিন্নৱিবা অহল লম্মন অমদি মুপী অঙাং অমসুং মরুপ মপাং কয়াবু হবাও হৱাও চাক ঈশিং চামিন থকমিন্নবগীদমক শিল লাংলি। মুসিলগী ইমুং মচুংসু ইন্দ্ৰাগী পাওসে তাবগা লাক্লুনা ৱারী কয়ামকম শান্নজৱি। নহালৱাই ইন্দ্ৰানা মাংখিবদা শিঙ্গ্ৰে হায়বা চিংননিংঙাই ওইৱবা যিক্ষোল মান্নবা শকথংদবা অশিবদুগী ফোতোদো ময়াম্বা ৱাজেসনা পুথোবক্লুনা য়েংহনখি। ৱারী পুন্নমক থংলবদা মুসিলগী মৱাল লৈতে ফিজোল মান্নবা শেংপা শকথংদবা অশিবগী ফোতোদুননি খনবগা লোযননা মরুপ মপাংবু থাদোক্লুনা চংখিবা মহাক্কী পুন্সিগী মৱালনি নিংজৈ।

অমুন্না নিংনা নিংনা মখা তানা অমুকসু থম্বজৱি, —"মীওইবগী অৱা-নুঙাই পুন্নমকসে মতমগী ঈচেলদা তাওবা কোঙ্গোলগুম্বনি" পুন্নমকসিনা পুন্সিগী ঈচেল হায়বদো ওইহনবিন্নেকো অদুগা নিং-শিংবা নঙতনা ঐবু করিগী ৱাহনবীৱিবা ? অদুগা থম্মোইবু করিগী মৈশা লাংহনবিৱি ? ঐখোয় পুন্নমকসে নোংমদি সংসার থাদোক্লুনা থৱাইগা হকচাংগসু পুনবা য়াদনা চংনখিগদবনি অদুনা কনাদসু মৱাল পীনিংদে পুন্নমকসে ঐগী মপোকসিগী লাইবক্লা তন্নম্বনি। অদুগা ঐগী পুন্সিনা মতমগী ঈচেলদা তাওথজৱিবনি। ঙহাক ভুমিন লৈৱবা মতুংদা ইন্দ্ৰা মহাক্কী পুক্নীং হকচাং অমদি থম্মোইবু থেমজিনজদুনা মহাক্কী ছুটি মতমবু লোইবা ঙাইজৱি। ... ... ...।

ঙসিগী তাইবং সংসারসিদদি মুংশিবগী মণ্ডলবু শেলগী মতেংনা মশক তাক্কে হোৎনরি অতুগা কনাগী থম্মোয়দনা মুংশিবগীদমক পুন্সি কৎথোক্নরি অতুগা থৱায় থাবা পাম্মুদনা মুংশি ঈপাক্তা ঈমারুহুনা থৱায় থানবসু কয়ানি।

নিংথৌরেল সহাজাননা মহাক্কী মুংশিজরবী মমাতাবু মুংশিজৈ হায়না ফোংদোকচবদা শেলগী মতেংনা যমুনা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা মুংঙৌগী তাজমহল শাহুনা তাইবংপানবদা লৈরিবা থৱায় পানবা পুন্নমক থংলসনু হায়না ফোংদোক্নমী। অতুগা অমরোমদনা রোমিও জুলিয়েট, লৈলা মজনু, খম্বা থোইবী নত্তনা যবনগী পুন্সিদা থোংলোয়মিন্নরকপা শবী শনৌ কয়াসু কায়না পন্থুংতবু কীজবদগী থম্মোই শোক্না মীৎলুদা পীরাং শিন্থজহুনা কপচথিবা অমদি থৱায় থানখিবশিংসিদি মুংশিনবগী খুদম নত্রব্রা? অতুগা সহাজানগী মুংশিবনা মথোয়দগী হেল্লি হায়না লৌনরগদ্রা? শেলগী মতেংনা সংসারগী তাইবংদা ফোংদোক্নমব্রবা অমদি ইতিহাসকী লৈমায়দা ময়েক লানা ইরমদ্রবসু মীওইবগী থম্মোইদা লৈনরিবা অশেংবা মুংশিবা হায়বসিদি কৈদৌঙৈদসু মীমন্বা য়াদবগুম হিংনবগী লম্বী তোঙানজরবী মেনকাসু ইন্দ্রাগী পাও তাবদা য়াম্না হরাওজৈ অতুবু অমরোমদা থল্লুরবদি লম্বী তোঙাল্লবা তোর্ব্বান রাংমা রাংমাগী পুন্সিদা হিংলিবনি থল্লুবদা মীৎলু পীরাংনা মথন্তা পাউথুমজরি। অতুগা মচিন্দসু মতোমতা মুরুম মুরুম শোঞ্জরি,—হে মীওইবা অঙকপা নিকো নহাক্কী মপোকসে। থংলুদবা উরুদবা হায়বসিনা কয়াদা চাওথ্রবা অন্নাথনো অতুগা মসিনা অমুক্তা অয়ানবসু তাহল্লি অতুবু ঐহাক ইশানা পামজনা লুহোংখিবদি নত্তে মসিবু ইন্দ্রাগী মফমদা

ইচিনসিনা করম হায়গদৌরিবা। "মুংশি রুবা থম্মোইগী পম্বু ফয়া কদোমদা অদুগা পামজবশিংগী অপাম্বা পলেপফয়া করি"? ঐনা ফংলিবা মুংশিবগী চৈনাখোলসে ঙসিগী হৌরক্লিবা শাবী শানৌশিংগী মফমদস্তু থোক্লম্বা য়াই অদুবু পুম্নমকসে ঈশ্বর মহাক্না শেম্বীরকপা তোবর্বান রাংমা রাংমাগী পুন্সিননি অদুগা তাইবংপালগী সংসারদা হিংলিবা থৱায় পানবশিংতনা তোবর্বান রাংমা রাংমাবু তাইশিন্নগে হোৎনজবা ঙাক্কনি।

মতম কয়া হৌখ্রে মেনকা নোংমতা ইন্দ্রাবু উনখিদে অদুগা ইন্দ্রানস্থু মেনকাবু উনগে থঞ্জদে মবমদি সমাজগী চৎনবীনা শেমলবা তোবর্বান রাংমা রাংমাগী লম্বীদা মাগী মাগী পুন্সিনা চৎনবা থল্লদুনা সমাজগী চৎনবীবু নয়থেক্তুনা চৎপা কিজবদগীনি। অদুবু ইন্দ্রাগী থম্মোইনদি মেনকাবু য়াম্না মুংশিজৈ অদুঙৈ মেনকাগা অহানবা থেংনখিবা হৈবোং পাম্বী মথো'দুদা শকথংনজদুনা পুক্নীংগী অপাম পামদ কয়া ফোংদোক্লজখিবদো নিংশিংজদুনা হৈবোং পাম্বীমখোং-দুদা মতোমতা কয়ারক হন্না যমজখি। নোংমস্থু রিক্তো তোংদুনা চৎখিবা মেনকাবু উজরগা লম্বীগী চিদাইদা লেপচবিবা মহাক্কী থম্মোইদা বারৌজরদুনা পুক্নীংদা রাতং কয়া কয়া মতোমতা হংজবি মচিন্দস্থু অস্থুম্না শোঞ্জে, "উনা উনা কৌজবস্থু ঙমদ্রবা থংনা থংন থংদবা শারবা মতম অমগী মুংশি খোংলোয়নিকো মেনকা নঙসে' অদুবু ঙসিদি কয়াদা নক্না লাপ্পরবনো নঙ ঐগী পুন্সিসে ....

মতমগী ঈচেল অমদি পুন্সিগী খোঙচৎনা কমাবুস্থু ঙাইবিদে নোংম নোংম হৌখিবনা ইন্দ্রগী ছুটি মতম লোয়রক্লে মহাক্

থগক মফমদা হুনখিবা তারে। ওসি ইন্দ্রানা চৎকদবা হুমিৎসিদা ইম্নগুম মমা বিজেন্তি ওন্তা হৌগৎচহুনা ঈরু মাইথহুনা ধুপ থাওমৈ থাগৎরগা মচাগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা মাইক মঙ্গল নিজরি। ইন্দ্রাগী থম্মো-দসু পুন্নমক অমুক নহৌনা কায়নরগনি অদুগা মীৎয়েংগী রাংমদা লৈহৌরগনিকো খঙ্গরুবদা মুংঙাইজদে।

মহাকপু থীন্দোকপা লাক্লিবা ময়ামশিংহুসু ইন্দ্রানা চৎগ্রগনি খল্লুবদা মুঙাইজদ্রহুনা তুমিন তুমিন লৈনৈ। চৎলমদাইগী মতমদা ময়ামবু ক'য়ন বীদাই পীরম্নগা চৎখিহুনা এরোপ্লেনদা কাথৎখ্রে ময়ামসু মখুৎ হায়রা হায়রহুনা লৈহৌই। এরোপ্লেন্না পাইখৎলম-দাই মতমসিদা ইন্দ্রাগী থম্মোইদা তুমিন্ন শোঞ্জে হে—ইমা পোরুফম লমদম মনিপুর মতম অমগী কংলৈপাক পীরুবা চীঙ্গোলহুংসিদা ইংনা চিরুা ননিং তম্না লৈহৌরোকো। হে ইমা মনিপুর নঙগী নশাইগোন্দা চাওজ্ররকপা ঐহাকনা চেন চোংহুনা সেবা তৌবা ওঙজদ্রবসু পোরুফম ইমা নঙতগী মীংলেন বুশোঞ্জহুনা খুরুমজরি। ইন্দ্রানা অসুম্না খুরুমজবা লোইবগা এবোপ্লেনসু হাং বা অতিয়া ওম্ন পাইখৎলক্লি। অদুগা লৈহৌরিবশিংহুনসু লাপনা ইন্দ্রাবু মঙ্গোল ওইয়ু মতাগুম তুমিন তুমিন থম্মোইহুংদা শোম্হৌহুনা লৈকহৌরি। অসুম্না লৈহৌরিবাশিংসিগী মরক্তা মমা বিজেন্তিদি মচা ইন্দ্রানা চৎখিব'সদা মীৎলু পীরাং [illegible] অরৎপা কৈ-তনা শিন্থজরি। মরক মরক্তসু মী[illegible] অনিগী থুদোল [illegible]গী পীরাং-শিংহুবু ফিভিনা তপ্না-তপ্না [illegible]কচহুনা লৈজুরি। এ[illegible]প্লেনহুসু মীয়েংগী রাংমা লানখিহুনা উব[illegible] খিগ্র[illegible] ময়ু[illegible] ময়ুমদা হন্নরক্লুনা মাগী মাগী মথৌ চৎনা[illegible]।

অরোইব[illegible]